ফোঙজবী

থাইদেম প্রমোদিনী

কাকৈথেল, থোকচোম লৈকাই

ইম্ফাল।



অহানবা ফোঙবা—১৯৯১

নম্ফম

আর, বি, প্রিন্টিং হাউস

নাগামপাল

ইম্ফাল

মমল লুপা—১৫

হায় অকোকশা !

হায় হেলোই !

শরোই ঙারোই !

নহনফমদা হল্লুহৈ

নতেফমদা তেম্বূহৈ

শ্বাই মাঙঙ্‌ুহৈ

তুম তুম তুমুহৈ

কুরুগী য়াথংনে ।

# হেলোই হেলোই মীহেলোই

ৱালট দিজনিগী কারতুন পিকচর, চেকোস্লোভেকিয়াগী জিরি এঙ্কাগী অশাবা লাইগী এনিমেসন ফিলম অয়েংবশিংবু নহা অহন পুম্নমকপু নুংঙাইহল্লি। ইসোপকী ফেবল শা-ঙা ঙাক্তু ওইরবস্তু মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ ঙাক্তনি। শা-ঙাশিং শিজিন্নদুনা অমুক হেন্না নুংঙাইহল্লি। লম লম খুদিংদা লৈবাক লৈবাক খুদিংদা ফেয়ারি টেল কয়ানা অঙাংশিংবু ঙাওহল্লি সিন্ড্রেলা তোম থম কয়া কয়া লৈ কাওবা য়াদবা। প্রমোদিনী দেবীগী "হেলোই হেলোই মীহেলোই" অসিনা অমুক অমনি। কির কিরবা মঙ-হাগী লাই তিন শারোই ঙারোই পুশিল্লকতুনা ইওক ঙকহল্লি অমুকস্তু কিহল্লি। অদুবু ঙহাক ঙাওরুরগা ভাবস্তু তারকই। লাইরিক পাবা মী হেলোইনা চেন্দুনা পুই। কোইপু পুরুরগা ময়ুমদা অমুক থম্বীরমই। লাইরিক অসি পাবা মী হেলোইনা চেনগনি। অদুবু কিনিংঙায় লৈতে। ময়ুম অমুক য়োরকনি, জ্ঞান তারকনি।

মীওইবগী পুন্সি অসি অস্নুম্না ঙাইহাক ঙাইহাক ঙাওবা ঙাক্তনি। ফিকসন নোবেলস্তু কবিতাস্তু ফিলমস্তু ঈশৈস্তু জগোয়স্তু ঙাইহাক ঙাইহাক ঙাওবা ঙাক্তনি। ঙইহাক ঙাইহাক ঙাওবা দরকার ওই ফাওবা হায়নিঙই থাংগৈংশংনা ড্রগ চাদুনা নেশানা পুদুনা মাঙখিবা নত্রবদি। প্রমোদিনী দেবীগী হেলোইশিং অসিনা পুদুনা ঙাইহাক্তং ঙাওবিয়ু অদুগা খঙবা য়াই হেলোই শারোই-ঙারোইশিংগা লাই-তিনশিংগী শক্তি।

কবিতাগী লোয়ন য়াম্না চমই জর জর চংলি। খঙহীদনা য়ৌখিনি অঙকপা লম। মৈতৈ লোনগী সুর অমসু তাগনি। হেলোইগী সুর তারকনি অতুদগী হেলোইমা চেনশনি। মন্ত্রগী শক্তি য়াওবা লোননি হায়বা খঙলকই। লাইরিক পাবা লোইরগা ভাব তারকনি।

সমরেন্দ্র
31. 1. 92

# শৈহো

ঙন্না ঙন্না তূম্মী হন্দক মরক
মঙঙি মঙ শাংনা শাংনা
ইন্নুং তৈনা ঙান ফাও
ক্বাকনা লানবাও শীন ফ্বাও
চরোইনা তেতু খোং ফাও
ঐগী মঙদা উই
হেলোই অমা উই
ঐদি খঙদে মীনা হায়বনি
হেলোইনি হেলোই মীহেলোই।
লাইরিক মচা অসিদা য়াঙব্রিবা
ব্রাব্রী পূন্নমক হেলোই অসিনা
লীখিবা ব্রাবী ঙাক্তনি মঙলান্দা
কিবিগনো পাবিয়ো পূক্লীং লৈতানা
পূক্লীং লৌশিং ওইনবনে ওইমবা।
হৌজিক চাউখৎ ঙমখৈ য়োরক্কান
নমুপোং ওইবা তাইবংনা
নোংমদোন থাজ কারকান
শুন তরংদা মীনা পাইবকান
হেলোই মমি মানা কৈদৌজবনি
কেসে খুৎকাপ্পীতুম কাপথোক্কে
সে
তেক তেক তেক॥

# হেলোই হেলোই মীহেলোইদা
## য়াওরি মথাগীসি





# ১

# শনরেন্বীও থোরক্লো

## ( ক )

## পলেম লাইরেম্বী অহানবৈ পাউতাকথোল

ইমাই ইমোম লাংলেন ইবেম্মা
শনরেম্বী নওবো ইন্নুং নোংলেন চুপ্না
খোমলেন মিকপ তান্দথৈ
লোংনা হিপ উরা য়েং
অমুক নোক অমুক কপ
পায়মন্নুংদা করিবু খল্লিবা।
শনরেম্বীও থোরক্লো
নয়ুম শঙ্গাই শাবিগে
পুন্সী কায়দোং শেম্বীগে
লাই থুবাক থুবিগে
থারো থারো শুরুং মকোন্দো থারো
মায়খুম উপ্নী শকলোৎপীগী মকোন্দো।

শনরেম্বী পায়মন্নুংদা খল্লি মদোম
তৌরিসিবু করিনোনে পায়মা হীরী কোন
ভাইহাক পুঙ্গোয় রাখল খল্লুরে হায়রগা

## হেলোই হেলোই মীহেলোই

হৌখ্রবা অকাউ পরৈ চল্লুরবা
মাঙলমচংকী থৌদোক কয়াবু
নীশিংলকখি মথং মথং।
নোংমা লাকখি মায়খুম উপ্পী অমা
মশানৌ অতোম্বীগা চান্ন-ন্নুংশি ব্রাচানৈ
উবদা শনরেম্বী মথরায় শোকখি
করি ন্নুংগীনো ঈশানৌ মানা
শকলোংপী মায়খুম উপ্পী অসিগা
চান্ন-ন্নুংশি ব্রাচানরিবা ব্রারীনরিবা
তরা লুকতিন্না চামিন্নরিবা
লাইজা ঈশিং থকমিন্নরিবা।
স্নুম্না স্নুম তৌরবদি
মশানৌ মাঙবা তারে করমনো
শনরেম্বী পায়মা ন্নুংদা খনবনা
ব্রারক চৈরাক পীখি মশানৌদা।

কুমজা কয়া হৌখ্র তুং
য়োরকখি নোংমা মায়খুম উপ্পী শকলোংপী
অনৌবা শকলোন অমা লৌ।
শরৌ হৈবী মায়খুম উপ্পী
ব্রাকায় শুবী শকলোংপী
খুজিন থৌরাং হৈবী মায়কনবী

## হেলোই হেলোই মীহেলোই

ব্লাঙাং ব্লাফৈ ফেনগনবী
কারন তাগনবী অতুনা
কায়নহনখিবা খোইনৌ অমা ইতারোই
খোইনৌ য়াংদৌ চান্নরোই
নুংশিবী ইতা মানা
তাংজ ক্বিরুক খুম
মমি শণ্ডলেন মুংদৈ খোঙব্লাইখিবা
ইকাই নুংশি য়ান্ন নীংবা কায়।
শকলোংপী মায়খুম্ উপ্পীগা
ঐগা ফমফমলাংদা ফমহৌবা।
তাংজা মায়থোঙ পুঙমদা লৈহৌবা।

মায়খুম্ উপ্পী শকলোংপী
নোংমা নোংমই নকশিল্লকখি অস্তুম
নকশিল্লকখি শনরেম্বী নাক্তা
শনরেম্বী মরম্নাই থনখি পায়মন্নু
কনা ওইরিগবা শকলোংপী অসিবো
মানা ঐবু অস্নুক লুনা চাল্লিবা
করি করম্বা মরম লৈরদনা মাগী।
নোংমা কোরৌ মুমিং অমদা
মচেমগী চৈরাক ফংখিবী মশানৌনা
চিঙ্গোই য়াব্রা পাউমেনজখিবা মচেমদা

নীংশিংলকই য়াব্লাশিংদো—
ইচেমহন নঙবুনে মুংশিবী
পলেম শকপী ইচেম ইবেম্মা
শকলোৎপী মায়খুম উপ্পী মুপীসে
মাবুতদি থাদোকপীরোগবা পলেম
ইচেমহন নঙবু মাঙবা তারেনে।
শকলোৎপী মায়খুম উপ্পী মুপীসে
মরৌ লৈবীনি কল্লক চাউবিনী
মাগী মশক অশেংবা উৎথোক্লিসে
খঙবীয়ো পায়মা ব্লাখল তৌবিয়ো
নক্লা য়াদ মুপীনিকো তমথীবী।
লাইনম্মু য়াদবা মীনম্মু য়াদবা
ওইজথীবী উতাংবীনে উতাংবী
শেংতোক ফাক্তোকপা ব্লাগনিকো
মানা অমুকপু নপখ্রবদি ইচেমহন।

মশানৌগী য়াব্লাদো থৌওইনা তাখিদে
মাই মনাকোংদা চঙবা ঙমখিদে।
পায়মা মুংদা খনখি—
মীনবু লমচৎ নাইদবা হৌনবরা
মায়খুম উপ্পীবু মীওইনা খনখিবনা
মশানৌ ব্লাবু লান্না লৌখিদো॥

( খ )

## পলেম লাইরেম্বী অনীশুবৈ পাউত্তাকখোল

ইমোম লাংলেন নঙ খঙদাবোইকো
মাযখুম উপ্পী শকলোংপী ন্নপীদো
অতৈ কনা নত্তেকো চাইশ্রানিকো চাইশ্রা
হৌজ হেনখাং কযাবক হোংনবা
মমা হাক্তক্তা ঙমখিদবা থোবম
মাই হাক্তক্তা পংঙথোক্কে খন
ইমোম নকা তম্নকপনিদ তম্নকপনি।
ইমোম লাংলেন ইবেম্মা শনবেম্বী
চেকশিল্লুকো চেকশিল্লু ইমোম
মঙ চাউবী চাশ্রানিকো চাইশ্রানি
ইকায ইকি খঙদবীনিকো
পলেম নমাগী পাউত্তাকসে কাউগন্নকো
পায়মা তিল্লাং খযোংনা খন্তৌকো
যুমদাবনা কৈকাবনি কাউফদোকো
খুকউ শেল্লু ইমোম খুকউ শেল্লু।

শনবেম্বী মকোক ঙাওবক্লে
কনাই ৱাবু তাগবা মহাক্লা
কবম্বা পাউত্তাকখোনবু লৌগবা মহাক্লা।

উরা-হুমদাংদো উরু উরু লয়রকলে।
ফমুং মথক মথা ওল্লক্রে
শ্বর ফুইনা ফুইনা হোল্লগা
তাইবঙ পোকপা মপু মাগী
মিংলেন মিংখৈ শোনজৈদো।
ঙহাক পুঙ্গোয় পায়মা হীরী কোন
খল্লুরে হায়রগা শোল্লকই --
শকলোংপী মায়খুম উপ্পী অসিদি
পলেম ইমা অপোকপীগী য়েক্রুবী
অছুই মচা চাইশ্রা হায়বীত্থু ওইরোকে
মানা ঐবু কয়া শাথীনা মীনম্লম্বা
ওইদা ব্রা কোঙ্গায় কোলোয়শিবা
মাগী অখোয়বা মপৃকচেল
মাগী অরানবা চিঙ্গোয় মপাউ
করি কুংশী থাজরুবনো, শনরেম্বী
নীংঙমদা মৈচাক্কা চাক
খাম্বী মৈহৌ তোয়রকই।
খাম্বী মৈশা লাংলবা শনবেম্বী
থম্মোয় পুবা ঙনলক্কে
থরো কাঙক্রুম ওন
ফমলেন থক্রা খাঙলকই
হুমাং অনম্বী কাংলকই

মমিং তন্দন পাইরকই
শোল্লকই মিরবা খোঙ্‌লেনা
হে গোংদম্বা ! হে অপোকপা !
করি নতৌবু কৌবনো
ঐবু অস্নক থীনা লাক্লরিবা।

( গ )

## পলেম লাইরেম্বী অহুমশুবৈ পাউতাকখোল

পলেম লাইরেম্বী অহুমশুবীদি থরা শাথী
হায়জ চংচা কয়া য়াংন্দে
য়ারা পাউমেন্নদ্রিবৈ খুংনা হান্না থাই।
মায়থুম উম্বী শকলোংপী তেক উবদা
তাপ ফাই মঙক লাক থঙইন
অহুম নরীবক ইল্ল তুং
য়ারা পাউমেল্লকই পলেমনা—
হায় হায় চাইশ্রা হায়বী ওক্তবী
ইকাই ইকি থঙদবী, মায়থুম উম্বী
শারমচংনা নবমচং ওইবী শকলোংপী
ইমোম লাংলেন ইবেম্মা শনরেম্বী
মতু তুরি অমা শোকপা য়ারোইহৈ

## হেলোই হেলোই মীহেলোই

পুবকন্ন নঙগী হু য়ানবা লাঈজ ঈশি দো
মতম হেনখ্রে হৌজিক্তি খঙঙব্রা
হু পিথকপা য়াররোই ইমোমদা
থোংলগন্নু ত্তরা চাক্তো নঙনা অমুক
হু হাপ্পা লাঈজ ঈশিংনা ঈবী ওই।
হু তৈবা লেমলৈদো পুরক্কন্নু
উদবরহৈ ঐখোয় খ্বায় লৈরিসে
খঙলমদবা নশক মন্না খঙলবনে
উরমদবা নমাই অথাবদো শেংনা উববনে
লোংপা য়াররোই মায়থুম হা দোক্লম
হিংজনীংলবদি নঙগী নথরাই মচাদো
থাদোক্লম্লো ইমোম লাংলেন শনরেম্বী
চেনজহৌরো য়াঙনা লমদম তান্না।
শনরেম্বী ও থোরকলো
নত্তম পোক্তেল শাবীরোই
লাই থুবাক থুনিরোই।
শনরেম্বীও থোরকলো
নয়ুম শঙ্গাই শাবিগে
পুন্সী কায়দোং শেম্বীগে।
রাহয় খিবিকসে কোলোয়রম
পোইরৈ কৈদা নাঙখিবা
খঙহৌদে পলেম লাইরেম্বীদো।

শনরেম্বী খল্লকই পায়মন্নুং
চাইশ্রা পোকপী পলেম মমানা
ইমা হাক্তক্তা পাঙথোকপা ঙমখিদ্রবা
ইহাকথক্তা চাইশ্রানা পাঙথোক্কে খন
মায়খুম উপ তাঙজা মায়থোঙ লোৎ
অহীং নুংথিল থাক্তখৈ
ঐঙোন্দা ওৎলরিবা নৈররিবা
লাকচৈদা করিন্নুংগী মাগা নক্করুবা
খন্না খন্না পায়না উনগোয়নুং
য়াতাফম খঙদে লৈতাদে পুক্নীং
তোয়না তোয়না য়াওল্লি শনরেম্বী
অমরোমদা অমুক ওল্লি
অমরোমদা অমুক ওল্লি
কম্লেনথক ওইখরে খাম্বীথক
খাম্বীথক্কী লেমলৈ ঙাশুমখ্রে
খাঙবা ঙম্লক্তরে শনরেম্বী
রাখল পরিং তৎখরে ফুম্বংনরে
হায়কন চৎফম তম্ফম খঙদরে।
ফুক হৌগৎ ফম্মুং ময়ায়দা
মখোঙ মখুৎ শ্রিৎ তিংথোক ফম
খুকউ অনী মখুৎ নাম্মা নাম্মনা পায়
তেংথারকই খোঞ্জেল রাংনা—

হাঃ পলেম ইমা ইবেম্মা !
পলেম নঙবু মুংশিবী
অপোকপী নঙবু তাদবরা
নমোম্মা কৌরিবা অসিবো পলেম
পায়মা পিবুক খেনবনা
রাখল ঙমখৈ য়ৌদবনা
চাইশ্রা হায়বী মাবু থাজরু
নমোম ঐদি রারেদা পলেম
নমোমগী য়াইবী থরায়দদি কল্লোগবা
পলেম নঙবু অপোকপী ।
কপ্পী হীক হীক তেংথাহুনা ।
মমোম লাংলেন শনরেম্বীগী
তেংথাখোল পলেম মমাগী
শমু নাকোংমক্তবু য়ৌখরেদো ।
পলেম মমা অপোকপীদো
শমু খোঙকাপ য়াঙনা থাং
চেনশিল্লকই মমোমগী থাঙ্গা কাদা
লাংলেন মচাই কাংখল হায়গংলি
মমোমগী নাক্তা ফম্মহুনা য়েংজৈ
মমোম লাংলেন শনরেম্বীগী মায়থোঙদা ।
শমু হকচাংদো নমোম লাংলেনগী
হুমাং ঈরীক্লা পূমলূপ লূপ

মিংস্না থম্বালস্ত পিরাংনা পুমথল থল
লৈরম্বদো উবদা পলেম মমানা
য়ান্না পাউহংলকই—
ইমোম লাংলেন করি মতৌ কৌবনো
ইমাদি মাওজরেদনা
ইমোম লাংলেম ইমাদি মাওজরেদনা
কনানা ইমোনবু লাকচ থুহুম চন্নবগে
শেংনা পাউদম্মূ নমা ঐজোন্দা।
শনবেশ্বীনা পাউথুমজে
ফুংশিনা য়ান্না পাউমেনজে পলেমদা—
পলেম ইমা ইবেম্মা ফুংশিবী
নমোমনা কবিবু হায়না পাউদম্নসিগে
ওংলিবনিনে ওংলিবা চাইশ্রানা
নমোমগী ভুম্বা থুগাইরিবনে থুগাইবিবা।
মমোমগী য়ান্নাহু ভাবদা
পলেম মমা ইবেংমদো
অশাউ ওমখৈ লৈখিদেদো।
হায়রকই –
হে হে করি থোকই হায়দনা
তৌজশারিনো শারমথোক্কী মচাদো
মমা হাক্তক্তস্থ কয়া অমনো
নহু নিংথৌ নপ্া ইবুংঙো

তোলেন তোম্বা অতোম্বা
খাম্বী মৈগুম চাক্লা শারবা
শৌব লাঈজ ঈশিংদা লুপ
নত্থ নিংথৌগী য়াইবী থৱায় লৌখিবা
ইমানা কবম কাউরসিগে ইমোম
পলেম নমা ঐনা মংমতুদা চাকখিবা
খাম্বী নৈবিলক্তা ঙোনা খাঙখিবা।
ইনাগী মাঙনা ভারুবা চৌরম্বা
হৌজ থেংখা কয়াবকনিদো
নমা ঐবু মাই নমানা ওৎখিবসে।
মশোক লাক চবান থাখিবদগী
মপুন্সী লোইখিবনি মপুন্সী কেমখিবনি।
ঙঃ হনবা নৈতেদা কিদবোইকো
হৌজিক অমুক ইচা হাক্তক্সু --
মীথীবোং মীতম্বানগী মচাদো
কোবৌ মুমিং চুপ্পা ওৎপা পেন্দত্তুনা
ইন্নুং মুমিদাংফাও ওৎলিবনিনে ইচাবু
খোমলেন তুমখুনফাও হেক ভালহন্দখে।
খঙগনিদো ঙসিদি নৈরমসন্তদো
চাইশ্রা হায়বী ওক্তবী শারনখোক্কো।

মমোম লাংলেন, মচাদা ওনশিন্দুনা—
ইমাগী ইমোম লাংলেন চরৈহন

ইমাগী ইবেম্মা মুংশিবী
খুদাং শিফম তৈরগনু ইবেম্মা
রাগল লমকৈ শল্লুরন্নু, রাকুরন্নু
ইমানা হিংলিটে ইচাবু লাকচগদবা
মরু ইত্তন তনদ্রিদো তাইবংদা ।
নপন পান্থো নোংথৌ শোবাবেন
য়োইময়াই অতানবা লৈবিদো
ইচাগী কবি রাংপা লৈতেনা
পান্থো মাগী মকাদা ইমা চংকে
ইমোনগী য়ারা নপাউ তনলুগে
খ্বাংজেংকি মচি লাংখবে
খোঙকাপ নৌবা থাংখবে
খোঙরাইখবে পলেম অপোকপীদো ।

খোইযুম লাইনিংথৌ শোবাবেন
নোঙ্গমলক্রে মমোমনাক্তা থু তুরে
মমোমগী মাতদা লেপ্লবেদো পান্থো
লাইনি থৌনা পাউহংলকই মমোমদা—
ইমোম লাংলেন শনাবেম্বী
ইপাগী ইবেম্মা মুংশিবী
ইমোম্মা পলেম নমা পাউথারকপবু
করিথৌগীনো করিমুংগীনো

ইমোম লাংলেন চীংগোয়ু
ইমোমগী করি ননীং থুংদবা লৈবা
চিংথবা লৈতনা পাউদম্মু ইপাদা।

শনরেম্বী খুকউ শনশা লৈদা কুন পুনেগৈ
নোংলেন খোংবগুম কপ্লদনা
পাউমেনজরকইদে৷ শনরেম্বী ইবেম্মনা—
পম্ভৌ ইপা ইবুংঙো অপোকপা
নমোমদি ব্রারেদকো পম্ভৌ
চাইশ্রা হায়বী ইশানৌসে
লমকেৎ লমহায়বী চন্নুনি
ব্রাঙাং কারাম চাউবীনি
পম্ভৌ ব্রারকখোন তাদবীনি
পলেম য়াব্রা ইন্দবীনি।
চাইশ্রা হায়বী ভৌঙম্বীসিনা
নমোম ঐবু ঙৎলেদা পম্ভৌ।
পম্ভৌনা ব্রারক চৈরাক থাবিদ্রবদি
নমোমদি তাইবংদা হিংকসে ব্রাগদৌবি
হিংবা ঙমলোইদৌরেনে অপোকপা
ইপন পম্ভৌনা মালেমদা খোঙদারকইগৈসিদা
পম্ভৌগী হৈনা নতুং ইনজহৌরগে অপোকপা।
মমোমগী য়াব্রা মপাউছু তাবদা

পাউখুম্লকই নোংথৌ শোরারেন—
ইনফদে ইমোম, ইনফদে,
য়াব্রাহু কোলোয়হৈদে, হায়হৈদে, পলহৈদে
নঙগীদি তাইবং থৌদা লোইদরিদো
ইমোম্না পাঙথোক্কদবা থৌরৈ কয়া
থৌদাং কয়া থৌগায় কয়া লৈরিদো
করিম্নুংগী পায়মা রাখল ফৈবনো।
রাখল পরীং চুম্না খল্লু
চাইশ্রা মাদি ইরেনখাক্ক পোকপা
ইশাংৌ মাগী মমোম্মি হায়দনা
ইপানা য়েংবীবনিদো থাদোকপীবনিদো
মখুংশু খুংলাই ওইয়ু হায়দনা
নোংপোক চীংথৈ পাংবদা হৌরিবা
নোংমদোন খেংনা রাংলবা
তম্পা পামেল চাউথোইবা
সনা খোংনাং পাম্বীসিগী মতোন্দা
লীরুং অমগা তুম্বা অমগা থম্বীবনি
মহাক্না কা হেল্লক্লবনিনা লম হেল্লক্লবনিনা
তৌহৈদবা থবক তৌরক্লবনিনা হায়বা
খুংলাইশিংদু ইপানা পুখিবা তারেদনা।
রাহয় খিবিক অসি কোলোয়বম
খোঙরায়খরে নোংথৌ শোরারেন

সনা খোংনাং মখোঙ তম
লেপখরে পম্ভৌ অপোকপদো
সনা খোংনাং মখোঙছদা।
অস্থম অস্থন রা শংখিবনা শোরারেল
লাইনিংথৌদো মান্নখরে খোংনাংগা।
সনা খোংনাং পাম্বীদ্দা য়ান্দুনা লৈরিবা
লীরুং লৌথোক্লুনা থূদেকখরে
থমলিবা তুম্বা মচেং মচেং থুগায়খরে।

অসোমদদি কমদৌবি চাইশ্রাদো
তৌওম্বী চিঙ্খিবী মায়থাবী হি চাবী
মায়থুম উপ্পী শকলোংপীদা।
লাউরকই মখোল হৌনা—
তেকলে তেকলে খ্বাং কেকলে
কায়রে কায়বে কোক কায়বে
করিমুংগী লংজরুবা ইরাল্নো।
মপুগী মিংথৈ মিংলেন শোনগে নীবা
নংখিদে মায়থুম উপ্পী শকলোংপী
য়াইবী মথরায় মাঙখিবনা হানখি।

শনাবেম্বীও থোরকলো
নহুম পোঞ্জেন শাবীবোই
লাই খুবাক খুবীরোই।

শনরেম্বীও থোরকলো
নয়ূন শঙ্গাই শাবীগে
পুন্সী কায়দোং শেম্বীগে
থারো থারো শুরুং মকোন্দো থারো
মায়খুন উম্নী শকলোংপীগী মকোন্দো ।।

# ২

# তাইবং কৈথেল কারকপা

তাইবং কৈথেল কারকপা
শমুদি মীয়াম্না শবা শন
ঙবং ঙরং ঙংলে তাইবৎপান
পূনিন নিগ্রে মালংপান।

তাইবৎ মীরক্তা য়াওরম্লে অমা
শামরক ঙামরক মীমরান অমা
উরে মীয়াম্না য়েংনরে মীয়াম্না
মীরা শারা করিনো করিনো হংনরক্রে?

মীমরাম অচুনা থিবি কনানো অমা
মীয়াম মীবক ফাও ফাওজুনা
কোয়খি খিরি কোয়েং য়েংলি
উবদা মাবুম্ব য়েংনবক্কি মীয়াম্না।

অথঙবা কাওবুনা হৌনা লাউনরক্রি
মী মবান অমা য়াওরে, অরাংবী অমা লৈরে
লাওদ্রাওবী খুনীং খুনাং ওল্লবী অমা লৈরে
হায়নরকই লাউনরকই, তাল্লু তাল্লু তাম্নোকউ

মাস্থু হন্দে চেন্না চেন্না খিরি
মানা পিরি মীশক্কা ফংত্রি
চেনখিবনি নাম্মোক্তনা মাই মখুংতগী
লাকচৈদা মখা চীকলি ক্রক ক্রক।

ফুজিল্লক্লে মীয়াম মাবু ভম
খুনীং খুমাং ওন্নবীদো লোংপা ডনদরে
নাম্মোকপা ডনদরে চেনবা য়াদরে
মীয়াম্মা ননহুনা ফাবে পুল্লে মাবু।

হ লে মীয়াম্না--করিগী মীরক্কা চ ডুকপানো?
খুম্লে মানা ঐহাক্কী নীপা মাডখরে
মখোড মখুয়া শ্রিং নাল্লবনি
হনাক্কা থন্নীংহনা ঈরৈনা লেকথোকপা।

মখুয়া পাববা মখোড় থাংডমদ্রবা
নীপাদো মীয়াম মীরকসিদা য়াংববদি
মহাক্তো ঐগী ইপুরো বনি পীবিরা
মাবু পীদ্রিমখৈদি ঐ চংলোই।

খুনীং খুমাং ওন্নবী লাওদ্রাওবী
শামরক ভামরক হিংচাবী অরাংবী

তাইবং মীগী মীরক্তা চঙলক্লবনিকো
খুকউ শেনবিয়ুকো অরাফম তাদনবা।

লাওদ্রাওবীগী শক্তম লৌরিবী কয়ামা
চংলিবনি সনা লমজাও য়াংৰিথক
খুনেং কায়দোং অপাইবী তোং
চোকশিনবিয়ু খুকউ শেনবিয়ু পাথৌখোয় ॥

( ৩ )

# লাইমাং পুরী হেলোই

মঙগী য়ারীনিকো মঙগী য়ারী
খোমলেন মঙলানচাগী য়ারী ।।

খুরুন খোঙথাংগী মখোল তায়
তেক তেক তেক মশক্তি উদে
থাংজিল্লক্লি মখোঙ অস্নুম অস্নুম
চঙশিল্লক্লী অস্নুম থাংজিল্লক্লী মখোঙ
খঙহৌদে চপ লেপ্পী ইমাঙদা
অমুক্তা উখিড্রিবা ফুপী অমা ।
নাগী মশক্তো হেক উবদা
ফন চোংখংলি খংপ্রেক খং
কোকচাওবী ফুং তু খ্যাও ।
ফুং ফুং কায় কোকচাউবী
খ্যাও খ্যাও চুংঙি তু খোঙদৈ তোনফাও
থক থক নীকই কিখিবনা
খোঙফম লেঙবা ঙমখিদে ঐ ।

মশক্তো মীশক নত্তে লাইশক্লি
মরায়বক তোংঙি পিশুম শোংঙি

মমিং অদো কোয়রাওনৈ কিজৈ
শরু পোল্লাংনি য়াংঙংবিদো
শাজংনা খুকউগুপ খুদোনবাই।
মখোঙ খোঙদাদি খুরুম খোঙদানি
চংপদা মখোঙ খুনীং লৈত্তাদে
মশম চরাইনৈ শমদোন ঙাওঙি
মানা মমিংতো খানা য়েংঙকই
ঐদু য়োংকে হায়বা মাল্লি।
মানা ঐত্তোন্দা য়েংবত্নু উবগা
ঐহাক ভূমাং অনপী কাংঙি
মুসে খ্যাও খ্যাও চুংঙি
লল্লাইবী শম চপ চপ
ঙাইহাক মাসু ঐসু তুমিন
করিমত্তা লোঙবা ভমগ্রে ঐদি।
মাসু ঐসু ম্বা অমত্তা ঙাঙমদে
ঙাইহাক অসুম্না লৈনবকী তুংদা
মখুং অনী অদো তিংখোরকই
মাই খুংশো গুরা অদো অজোকলহুনা
খুংশাশিং অদো অঙকানি অরুডাক্তা
মত্তোংনি হায়বা অমত্তা য়াঙদে।
শরু খুংতুনা ঐগী মায় মপাদা
কোয়না কোয়না উরু উরু লয়রগা

তাবগা ইনাক্ত হেক্তা চেল্লক্তি খঙভু।
ঐনা হায়বা নঙনা ইন্দ্রেদনা
অতু ওইরবদি হন্না হন্না য়ৈগনি পুং
লেপ্তনা য়ৈগনি তুং-তাং তুং-তাং তুং-তাং
নঙনা লমজাওদা পোমক্তি শেং
নশম ননা ইফা ফা, ইমোং মোং
হীকু মা মাতুনা কোয়চেন চেন
অঙাওবীগুম চংকনি, চংকনি অঙাওবীগুম
অতুগা ফংদ্রিফাও ঐবু কোয়থি থিরকনি।
ব্লাহয় খিবিক অসে হায়রম্লগা
খঙহৌদে শ্বায় মাঙথোকখরে হুপীদো
মায়কৈ কদোম চংখিবা উহৌদে।
ঐ কোকচাউবী ফুঙ ফুঙ কায়
লব্রাই শাংলি শেগাক কায়
ঐগী হকচাং হুমাংনা পুমলুপ
তিংদম ব্লাষ্টে লৈমায়দা দোম
মিকপ খঙথোক ব্লাখল খংলাক লাকপদা
ঐগী হকচাং উনমুক ঈংলমলে
ইশাম্ন হুমাংনা পুমচোং মহী চেল্লস্লে।
করি মঙলাম্নো করি মতৌনো খঙবা ঙমখিদে
থেল্লবা ব্লাখলনা ঐগী লাম্বা ফংখিদে
করিগুংগী মঙলুরবা ঐগী মঙলান

মহুদা উথিবা মুপীদো শাথীখ্রেদা
মাগী মিংয়েং অদুনা থারিবা হৈনখিত্রে
পিশুম অনী অহুনা শুকলিবা
মপা ময়ামহুনা জোম জোম
ওইরমনি শোয়দনা ওইরমনি অকোকশা
মতৌ অমনি, মওং অমনি, মতা অমনি
হঙ হঙ হঙ
তমহৈদে তমহৈদেকো
মকু-মঙনি মকু-মঙ মকু-মঙ ॥

## ৪

# নোংমদোন লাইরেম্মা পাম্থোইবীনা নোঙ্গুম্লক

নোংমা ইমুং নোংলেন অমদা
খোমলেন মঙলানচাদা উখিবা
থৌদোক অমগী ৱারীনি লীরগে।

নোংমা কোরৌ ঙমিং অমদা
ঙনদা ঙনবা অঙনবা
অযুক্কী য়েন্দা অহানবা
নোংপোক চীংখৈ ফিজুপ হুল্লকপা
শংবান্নবা নোংমদোন অতিয় ফিজংদা
কোরৌ অঙানবা মানা য়ৌবক্লিংদৈ
অতিয়াগী অঙৌবা অপাইবা লৈচিল্লক্লে
খোঙদোই হুল্লকই লাইরেম্বী অমা
মালেম লৈদবু তম্না
শম্মু খুদোনদি লৈতাদে।
ইমাঙমক্তদা চপ লেপ্পী
মোমোন মায়থোঙ পুজুনা
কয়াগী মতীক পুক্নীং হুবা
ফজবগী ঙমখৈ লৈতবা

পালেম মাগী শকফমদো।
পালেনগী লৈতেং ফিজোল
অঙৌবা ফিজোল নমখাংনি
মুরবা শয়াংনা লেংদোন চাই
পিশুমা কামগী লীরুংনি
কুচুনা লৈহাউ লৈরেন্নী
ভাঙানবা চিনবান্দি অহেনবী
ব্লারকী তয়ালনা কৈদৌনি
মিৎস্না থম্বালনা মুংশিরিবা
খোইরুম মোমোন ভৌবতুনা
য়ারা মপাউ মেন্নকই পালেয়া—
ইমোম নঙবু মুংঙনবী
পালেম নমা ঐহাক্না
বোবৌ নোদোনথক্তা লৈঙমদা
মালেম লৈদা কুমকপদি
ইমোম নঙুং লাংগীনি।
ইমাগী কোলোয় হারাসে
পায়না খোয়ঙংনা তাউকো
তিন্নাং খোয়দানা ইল্লুকো।
ইমোম লালেন হেনজরকপী
ইচানা ভৌন্দ্রুবা থুদিংদা
থুরৌ থাংলি খিবিকশে

কোকহল্লগে পায়মঙ্গুংদা খন
ইচাদা পাউমেল্লমগে লাকপনি।
হৌখ্রবা থোদোক অমগী ন্নারীনি
নোংমা কোরৌ অনদা'
তাইবং হেল্লোই অংতোম্বা
লাইমু অমাংবা তোংবীনা
মশাবী মরুম্বী অরায়বা পুরক
ইমোমগী শঙ্গায়ন্থুংদা চঙখিবা
ইমানা য়েংবদা পেন্দেদো।
ইমোমগী লাইবেল থাঙ্গকাদা
শানৈ য়ুনৈ হরাওমিল্লবা
মশাবী অরাইবা য়াওন্না
ইমোমগী শেংল-লুরা য়াতাকম
মাংথোকখিবা মতৈ মনাওনা
থোদোহ্ণ উবদা থম্মোয় কায়খি
ইমাগী থল্লায় কয়াম শোকখি।
কোয়ৌ মুমিং অতুদা ইমোমদি
লৈকায় খুলানখি করিমতা খওহৌদে
ইমানা নওবু খওজসম্ম খন
শামৈ য়ুনৈরম্বগী মখাক অরেম অপা
চুপথোকখ্রবা লবুক থরোই মকু
ঙাপ্রুম অঙৌবা মচেৎ মরাং থরা

কালৈ নীংপক্করবা লীক্লী মচা অমা
থনম্বনি ইমোমগী নীংঙোলকাগী কাংখদা।
কোয়বৌ ঙ্গমিং অহুদা লাইমাং পুবী
হেলোই অতোম্বী অহুনা
ইমোমগী য়াতা ফম্লেন শোক্লম্বনা
ইচানা অনম অহা চুখিবগি দো
ইমোম লাংলেন করি য়ুংগী
অকাউ লৈবোল চনবনো ?
ইমোমগী য়াংবী থব্লায়তদি কলহৌগে
ইমা নোঙ্গম্নকপনিদা ইমোম নোঙ্গম্নকপনি।
হেলোই অতোনবীগী চান্ন খোঙলোং
শাথিরবা ভুক্কচনরবা লাইমু অমাংববু
ভানঙমদা থোক্লদি করিগুম্বদা
ইমোমগী পিবুকন্নুংদ চঙখিনি লাইমুদো
চঙখিবা কোয়বৌ ঙ্গমিং অহুদৈ
কুমজা তরেং থাবুম তরেং
কোয়বৌ শিংবুম তরেংনি শুবদা
ইমোমগী থব্লায় মিরেন মাঙগনি
নংখোয় নরীন অমতা য়াওবমলোই
হেলোই মনাই লাইমুনা চাখিহুনা।
ইমোমগী থব্লায় নিরেন য়াওব্রবা
হকচাং পোল্লা অহুনা শিংগুম

কাইরেন থক্তা থাম্বী মৈরাইরকপা
শিংগুম থোগল তৌরিবশিংনা
উবদা শোন্নগনি থরায় শোক্লা
মখোয় মরীন অমতা য়াওরমদ্রে।
পলেম অপোকপীনা তেংথা নাওইগনি
পলেম নমা ঐবু করম খাঙ্গে?
ইমোম য়াঙদনা করম হিংঙ্গে?
ইমোমগী তিনকোক লাইকোক্রবা
নমা ঐনা পাউমেল্লমগেকো ইমোম।
ইচাবু পোকপী তোইয়াফবী শুনীংদবী
পলেম অপোকপীদা য়ারা কোলোয়উ
খঙ-হৈবা অমাইবা অমাইবী থিহল্লু
ইরাং চবান থাদোকহল্লু, খয়োম লাকথোকহ
হেলোই অতোনবীনা পুরি লাইদে।
লাইমুনি লাইমাংনি লাই তমথীবনি
লাইমাং মাবু তাম্তোকপতনা
ইমোমগী নুংঙাই য়াইফবা ওইগনি।
ইমোমবু হেলোই অতোম্বীনা থামায়রিবা
লাইমাং লাইমু অমাংবা থাজিল্লিবা
থাদোক্লম্বা কোরৌ নোংলেন হুমিংতুদৈ
ইমোয়া চেনবা নতীক নয়ায়দো
মালেম লৈকোয় থুংনা ফাওগনি

তাইবং শাংনা ঙানগনি
নোংমদোন পলেম নমা ইবেম্মা
নমা পাম্বোইবী ঐগী পাউমেনসে
কাউফদেকো ইমোম ইবেম্মা কাউফদেকো।
পাউমেল্লম্লগা ব্রাহৈ খিবিক অসে
নোংমদোন লাইরেম্বী শকহেনবী
পাম্বোইবীগী শাইগুন অশেংবী
অমুক অংগৌবা লৈচিন গুনখবে
পাইখৎখবে নো দোন অতিয়া তম।
লৈচিলক্তা তিনখ্রে লৈচিন গুনখ্রে
অংগৌবা ফিজোল অংগৌবা লৈচিল
অমতা গুইখ্রে অমতা গুইনা তিন্নখ্রে।

মিবপ খংথোক হেক থোক
মিৎ খংপাং হেক পাও
শোম্লি মপুগী মিংথৈ, নোংদম্বগী মিংথৈ।
ঙহাক তুমিন ফম্মি পায়মানুংদ খল্লি
কবম্বা খোমলেন মঙলানচানো
খোইয়ুম কনাগী পাউতাকখোল্লনা
পাযমা রাখলনা লাম্বা ফংখিদে।

# মোংবা হনবা উন্নুংদা কুন্দো পরেং

নীংথিজরবা উন্নুংনি শুক্রবা
ফজরবা হৈরাং লৈরাং কয়া শাংলি
লৈথল কয়াই নুংশিবরা লৈনম
নুংশি লৈনম য়েল্লি মালংনা লিরি হুমহুনা
উমংনি নুংশি হৈনম লৈনমনা চুরবা
উমংয়াইদা লেঙশিল্লি মোংবাহনবা
লাইনিংথৌ অহন লাইবেল পাখংবা
মিংস্না থম্বাল চেজেং উইশিন ফমলি
রাথন হীবী কোন পায়না উনগোয়নুং
উ'র শংশংনা মরানয়াইদা থোকখিবা
কাউঙমদ্রবা থৌদোক কয় কয়া ॥

নোংমা কোবৌ হুমিং অমদা থোকখি
অঙকপা থৌদোক অমা মোংবা মশাইগোন
লাকখি শকহেনবী চন্নুরা অনী খমত্রাংনা
পায়রহুনা কুন্দো পরেং অমমম
খুরু খুদক কুন মালেম লৈতানা খুরুম্মী
অনীহুনা খুরুমলিবত্রু কনাদনো খঙদে।

হ্রাংলেন পুন্দোয় ভাইহাক গৈরতুং
চণ্ডক্কা অমীদো মায়োক্কা শংত্রিক য়েংনৈ
লৈ পরেংদো পায়নবিবা হুকখি
অমনা অমদা অগনা অনদা
য়েংনৈ অনীদো অদৈ শরী পন্দোন লোম্নখি
করি শরীনো, করি পন্দোননো, কনানতা খঙদে।

থৌদোক্তু উবদা মো বহনবা কুরু
থোউদৈ হোন ফাও তু খ্যাও চুংখি
মাংলমচংডা খক থোকখিত্রিবা
অমদি ওইখিত্রিবা থৌদোক ওইবনা
নিং-না চেঙ্গেং উইশিন খাওখি
শোনখি মাঙলে নাঙলে মাঙলেদনা
সনা কংলৈবাক মাঙবা ভারেনা
উইহেনবা উরেনা তৌইহেনবা তৌরেনা ॥
কুক নোংবহনবা তাংজা লৈদা নুকখবে
ভাইহাক হ্রাখল হীরী কোল্লুরে হায়রগা
চিঙ্গোইরকই য়ারা খোঙ্গেল তপ্পা—
হাইবং ভাইগন্নরে ঐগী মতম লোইরে
নোংনদোন লাইরৈবাক তমখিবনা ফরবরা
পায়মনুংদা থমবনা নোংমদোন তমদোরে
য়ারা পাউমেন অনতং চিঙ্গোইরদ্রবদি

হয়ে চাথোন শুরোন্দা মো'বা ঐগী
মি,চং থীহৌবনি পায়মাহু'দা খল্লদনা
মগোম লা:লেন ইবেম্মা পাম্বোইবীদা
পাউমেল্লমগে য়াব্রা চিঙ্গোই পাউথাগবে ।

পাম্বোইবী থীন্দে খোঙদোই হুল্লক্লে
মো:বা উন্নুং তম ইন্নু' নো'ঙাল্লকপদা
পম্বৌবু থিরকই উন্নু' কোয়না কোয়না
উন্নু,দা লৈবমদবে ফমফমলা'দা ফম্লমদবে
কাইনথ'দা উবকলে হিন্দেন তাফমদা
মো বহনবা কুকন লেপ্পুনা লৈবম্বদো
তা'ঙ্গ মায়থোঙদি নো'পোক ওল্লদনা
নো'মদোন অণ্ডিরে মাল' তন্নদনা ।
পাম্বোইবী মপন পম্বে নাক্তা চঙশিল্লি
থুকউ শনশা লৈদা কুন পুনেমজে
লাইনিংথৌ ইবুঙো ! পম্বৌ অ:পাকপা
পলেম ইমা ইবেম্মা নো'দোনলৈমানা
পম্বৌনাক্তা খোঙদোনরু পম্বৌগা রাচানরু
চিঙ্গোই য়াব্রা পাউমেন ফিগাও য়ারু
তাকপীরম্মীনে অ.পাকপা খোমলেন মঙলান্দা
পলেম য়াথং ইন খোঙরাইরকপনি পম্বৌ ।

ইমোম লাংলেন লীরগে তারো —
নোংমা কোরৌ কুমিৎ অমদা
মোংবা ঐগী উত্তং ইরালয়াইসিদা
থোকখি থৌদোক অমা অগুকপা
থৌদোক অতুগী রারীদি অসিনি
তারো ইমোম লীবগে মুন্না তাবো।
নোংমা কোবৌদা মীওম্বী চন্নবা অমনা
মীওমদবী চন্নরা তপচরবী অমবু পুনগা
মোংবা ঐগী ইবান উত্তুংদা লাকখি
চন্নবা অদো মীওমদবীনি ঙাওববীনি
মীওম্বী চন্নরা অতুনা থামায়খিতুনা।
অফ কণ্ড কবিমত খওদ্রবীনি উদ্রবীনি
শুন্দা তাউবা কংগুম্বীনি
লুদা চঙলবা লিলহাগুম্নবীনি
শুমহংয়াইনা শুমহংখ্রবী চন্নরানি
হৈবো মত্তুংগী তীলগুন লৈখ্রবীনি।
রাগল লমথৈ চংখ্রবী চন্নবাদো
মরাল লৈতনা মরাল লংজখি
চিংবীতুনা মাওৎপী মীওম্বী অতুনা।
লওজখি মরালদি অসিনী ইমোম
পনবা য়াদে পনফবোই
হায়বা য়াদে হায়ফরোই

তাইবং তাইওম্বা থৌদোকনিনে
ৱাকম অসিবু ইমোমগী নফমলাংদা
নপম পম্থৌ ঐহাক্না ইচিনম্মিনা
করম্ব তম্নসিগোনে লা লেনহন।
মীওম্বী আতুনা মীংমদবী চন্থুম্বাবু
নমতুনা কুন্দো পারেং লুকহনবা উবদা
য়াম্না খোংঙেল থোকপদি য়াদা
ইথা চীক থাঙহৌবা ইপানা
তাইবং তাইওম্বা সিগুম্বা থবকসিনা
কংলৈবাক মাঙবা তারে খল
তৌফম থওদ ইপাদি য়াদে৷দা
ৱাফম অসিমতং লাংলেন নকাদা
য়াম্না চিঙোয়রমগে হনবনা পায়নম্নুং
ইমোম লাগলেন মকা তম
নমা নোংদোন লৈনা পাউথাখিবনি ;
হয়েং তুংলনচংকী মালেম তাইবংদা
ৱাঙম চাদোন শুদেন্নদা থোক্তনবা
সিগুম্বা থৌদোকসে অমুকহন
ইমোম্মা কোইরিবা কংলৈবাকনিদো
ইমোন নঙ্গোন্দা ৱাকমসিমত শিন্নরমগে
পায়নাম্নুংদা তিল্লাং খয়োংমা থনবনি
ইমোম্মা মমুপোং ওইবা তাইবংদা

লেপ্পা লৈত্তা মীপুমথুং পাউজেল্লুকো
পনবা য়াদে পনফরোই
ভাঙবা য়াদে ভাঙফরোই
তৌহৈদবা থবক তৌফরোই
নম্নপোং ওইনা তাইবংদা হীংনিংলবদি
তাইবং লোনচৎ শাজৎ কায়ফরোই
পাউমেল্লম্মুকো নরুপ নপিজা খুদিংদা
নপন পন্থৌ ঐগী য়ারা পাউমেনসে।
রাহয় খিবিক অসে পাউমেনল্লম্নগা
মোংবাহনবা পন্থৌ অহন কুরুদো
ভুরেল লাঈজন্নংদা লেঙথখরে
হকচাং শেংদোকপা লোইখরে
তোর্ব্বান তম কাখৎলকলে কুরু
চরৈ ফিশেং হোংখবে
মমোম লাংলেন পান্থোইবীদা
ইপা খোঙব্রাইরগে হায়রম্নগা
নোংমদোন অতিয়া তম পাইখৎখরে
মোংবা হনবা কুরু অহনদো।

মোংবাহনবা কুরু অহন্না
রাইরা খোঙকাপ হুনখ্রতুং
ঙাইহাক পুঙ্গোয় লৈরতুং

## হেলোই হেলোই মীহেলোই

মোংবা উম্মুংদা অকনবা খাম্বী মৈহৌবকই
নোংমদোন তম্না মৈরি হাইগৎলকই
গুরুং গুরুং প্রোক-প্রোক জ্বায় জ্বায়
মৈচাক মৈখোল্লনা পুমনিল নিল্লি উমংদো
মশীং থীওমদা কুন্দো পরেং পরেং
পাইখৎলি চাকথেকই মৈবিলক্না।
মিকুপ্তা তাঙ্গোয় ওন ওন্দুনা তাবকই
মালেম নৈমায থক্তা তাবকই
মিকুপ খরগী মন্নুংদা চাউরবা
মোংবা হনবা উমংদো উং ওনখি।
ওনখৈ লৈতা উম্নুংদো শুরু মম্লস্বা
পাক চাউববা হাওলবা লমহাং ওইখিদো।

করি করম্বা মওলানচানো
করম্বা খোইযুম মাগী নোংদমখোয়োকো।

# হেলোইনা নুপী চেনবা

নুপী চেনখ্রে নুপী চেনখ্রে
হো কনানো ? কদাযদনো ? কনাদনো ?
নৈশাবী অমা লৈশাবী। হেলোইদা হেলোইদা।
অচম্ববাও ? ফাগিবাও ?
অচম্বনে অচুম্বা, লৈকায শবা শন্নবনে শন্নবা
রা রা লাটনববনে, অমুক্তোংবা লোইনববনে।
কৈদৌদৈ চেনখ্রিবনোনে হাযবিসিবো ?
নহান ঙবা মথ নহান।
থাজদেদা অংগা নঙনা হাযবিসিবে।
হেলোইনা নুপী চেনবা হৌনদেদা
হেলোইনা নুপা চেনখ্রে হাযদি তাবা মযাইদো
তানীদেদা ওইথোক্তবা রাবু কবিনোদা।
অওইবনিনে থাজোনে অওইবনে অওইবা
তাইবং তাইওন্নববা মতমসিদবো নুপীদো চেনখ্রবনে

নুপীতুদি কনাদা থযবি হাযগে ?
হেলোই অতোম্বীগী যুমদা।
কমদৌনা কদোমদগী ?

থাজদ্রগা য়েংঙ্ক্লচো নোংমা চতুনা
লৈরমগনিয়ে মুপীদা হেলোই অতোম্বীগা।

ডাইখো হেলোইসিবো কবি করিদি চাবগে?
হেলোইবো, হেলোইদি মীগী মখোয় মরীন,
তিন-কাং কৌজেং-হারৌ, অপুম-অশা,
হঙোই, তিনবুন নাপুল তিন্থোক্কা চাবনে
তিন্থোক্তি য়াম পাম চাই হায়বনি।
মুপীতুদি কবি চাবমনি হেলোই ময়ুমদা
চাকককা পীজরমগদ্রা হায়মি?
হেলোইদা ময়ুম পাল্লবদি কৈদৌনি
হেলোইনা চাবমখৈ মাস্তু চাবা তারেদনা।
কবিবু পীজবমদগে হায়মি মুপীতুদা
ঐ য়াম খঙনীঙে হায়বা?

মুপীদো চেনগদবৈ লাংখংপসে কুইরমাল্লে
তিন্থোক ময়োম ময়োম য়োম্লগা
লীতুনা থম্বসে য়াম য়ানখ্রে হায়
কাজাও অমবু থল্লি হায়নৈনে।
লৈহৌরাদা য়োম্লগা কিশি কি কিতুনা
মরোল মরোল ময়োম ময়োম থম্মী হায়নে
অতুগনে নোংমদনে মুপীতুদনে
ময়োম অমমমকা পীজৈ হায়রি পোৎনি।

তুকচরেদা ঐদি তাবদদা ওনিংলক্রেবো
ওক ওক হো ও ওক ওরেদনা।
মুপীতুদি তিনথ্রোকনি হায় খণ্ডদজাংলাও
তিনথ্রোকপু কমহাইনা চারিনোইমী
তাইবংমীনবো শা উচেকসু নত্তনা।

হে নও খণ্ডপোং নত্তেসে মদো
মুপীতুনদি তিনথ্রোক ওই উদেযে
লৈহৌবদা যোমলিবা মযোমদো
ফজববা লপাগী পুখম তেঙ্গোংতা হাপ্পগুম উবিবা
উবিবনিনে মমিংতুদা উবিবা সিবু চক্রা হাযমি
অতুগনে তিনথ্রোক মরী মবী অতুননে
ব্রহ্মাবোমদৈ পুথোবকপা নাং নাং লাউবা
মবী মরী যান্নবা কবি হাযযে
চৌ চৌ হায়ত্রা কবিনো যাম হাউবদো
অতু ওইনা উহল্লিবনে উহল্লিবা খণ্ডলেদনা।

ইস পাম্মুখবেদা শবিশো!
মুপীতুদি মাঙজবেদনা মাঙজবেইবা।

মাঙজববনে মাঙজববা মাঙজববা।
হোইদা মাঙজসনু কৈদৌয়েইগে

লমুঙ্গী খবোই অহান্বা অমা
কায়তুমা মাওথিবগুম্বনি মাওজসু
মাগুম্বা অমা মাওখিববো
কৈদৌই হায়বিনো ?

( ৭ )

# শোরেলগী কর্ফিউ

তাববরাও ?

কবিবো ?

কর্ফিউ, কর্ফিউ, কর্ফিউ জাবিখ্রে ।

কদায়দনো, কবি লমদনো, কৈদৌবগীনো ?

নো পোক পাম্থোইবীগী এলাকাদনে

কৈদৌবগীনো হায়বত্থুদি ঐ খঙদে ।

কনানা তৌবিনো, কৈদৌঙৈদগীনো

শোরেলগোন্না তৌবিবনে তৌবিবা

জাম্বরাবী থা' অমদগীনি হায়ে ।

কবিগীনি হায়গে নঙ কৈমতা তাদ্রাও ?

মীনা হায়নবদি শোনোদো

থা অমা হোলিউদতা চৎলুই হায়এ

মত্থুদা শোরেলতোন্দি য়াঙহৌদবা ।

অত্থুদি মা যাম শাঙবম্মনি ।

শাঙয়ে মত্থুগী শাউমনখ্রত্থুনা চাকমনখ্রত্থুনা

শোনো ফানবা শোনো চৎথোক্তনবা

কর্ফিয়ু জাবিবনি হায়না ঙাংনৈনে ।

কদায়দগী কদায়ফাওবা জারিবিজাৎনোনে ?

ময়ুমদগী স্নুপয়া চৎথোকপা য়াদে হায়নে
কোম্থোংফাও থোকপা য়াদে হায়
পুখ্রিফাওকাদি য়ামাল্লে।
পুং কুনমবি জাবিবজাংলাও?
মরক্তা খবা কোমথোকহল্লি হায়।
পুং কয়াদগী কয়াফাও কোমথোকহল্লিবা?
অয়ুক্কী পুং তরামাথোই মখাইদগীনা
মুমিং য়ুংবা মতুং পুং অমা মখায়ফাও
পুং অনীগী মতম কোমথোকহনবা।
অদুগনে শোবেলতোন্না মন্ত্র অমসু পায়বিমাল্লে
মদু তন্তুনা শোল্লি হায়বিয়ে।
কবি মন্ত্রনো অদুদি?
খঙদে, মথোলদি স্নুন হায়মাল্লে
"ঐনা হেনববা, মানা হেনবরা
মিনিট অমা শোয়নবা য়াদে
পুংশিং চপ চপ চানা হল্লকদবনি
নত্রবদি নথল্লাই মাঙলে খঙজৌ।"
অদুননে হায়যে শোনোন কিদুনা, থল্লায় মাঙনী
ঘবী ঙহাক লৈতনা য়েংলিদে।
শোনোদি শোবেনতোনবু য়াম কি জাং ওইবে।
ঙাইখো কফিয় কোমথোকলিঙৈ মতমদা
শোনোবুদি উনবা ফংগদ্রাও?

ফংগনি করিগী ফংদনেইগে
কর্ফিয়ু কোমথোকলিবৈ মতমদো
অতুদা হেক চংলো উননীংলদি।
কোমথোকলিবা মতম অতুদগীনে
সেকেঙ অমা চোনথবা য়াদে হায়বনি
সেকেঙ অমা হেনখ্রবদিনে শোনো খায়।
অচুম্বরনে মরূপা হায়রিসিবো ?
অচুম্বনে অচুম্বা থাজদ্রগা নোংমা
নখোঙনা থোংনা হেক চংতুনা য়েংঙ্গু চো।

মরূপ ঐ চংলুবে উনরুবে
কর্ফিয়ু কোকথোকপা মতমদা
মাগা ঐগা স্নুম রাবী শারম্মে হায়বা
অদৈ পুং অমা মথায় হেক তাবদা
মা খুদা, থক হাইগংলি
ঘরী তনয়েং মাওথি খায়
চুম্মিনহৈ মরূপ নঙনা হায়বদো।
মাদি মী অমা ওইদ্রেদনা
কোঞ্জেং কোকফাই ওল্লে
মহী ময়াই চনখ্রে হায়মি
মী ওইদ্রেদনা মা মী ওইদ্রে
করি অমুক হায়নি, করিনোনে

মরেংবান্দা তোংতুনা থৌরে হায়বনি
ঙম্থোকপা মতৌনিদকো পাম্মুখিখ্রেদা।

নহাম মচিনঙৈদগী হায়ৰাও ঐবো
মচিন্নদি মা ঙাওজশারিবো হায়বা
—ঐদি মীথা পোনবা হৈনদে
মীগী খাদাং মথা থাবা পামদে, থানীংদে
অদুনা ঙসিফাও মীপান তাংদনা লৈবিসীনি।
মচিন কয়া থীখ্রনোইনি ঙক্রা ?
হৌজিক্কি তৌবি।স কবিনোইবা লোইরেনে
অমদুনা উকু উকু লয়বে হায়বা
মতৌ অমনি মকোকপু ঙাওবম্মনিনে।
মকোপুদি ঙাওবদনা নহাল অহীং অমা
ফমুং ময়াযদা ফমদুনা তেংথাদুনা
হে। সনামতুম, হো শোবেন তোন
নওদি ঐগী থৱায়নে থৱায়
নও উদ্রদি ঐ লৈবা ঙমদেয়ে।
হায়দুনা ও থোংনা তেথা নাওইনা
কপহৌই হায়নৈনে গীনা।
অদুদি মাগুক তোনবা জীব
তাইবং অসিদা লৈত্রেদনা ঃ
অং লৈত্রবনি।

থা মরীগী মতুংদা মরূপ অনী অমুক উনৈ
হান্নগী রারী মথা শমথৈ, হংজি অমনা অমতুদা
শোনোগী কর্ফিয়ু লৌথোক্লিবরাও ?
লৌথোক্লি থা মঙা হায়রকলে
ঙসি হয়েংসিগী মতুংদা হান্নগীদুদৈ
প্'ং অমগা হেন্না কোমথোকহন্নগনি
হায়না ভাম্ব হুকুমক্তি জারিত্রিমাল্ল ।
অতুমহাই অতুম তৌরবদি রারম্নিহৈ
হৌজিপু শোনোহবু কমদৌরিবগে
করিস্ু হোংবা লৈতেদা হায়ে হায়ে অতুমঙাইদা ।

মথংগী মুমিংতা অমুক্কা উনৈ অনীদো
হংনৈ মরূপ কমদৌরে করি পাউ তায় ।
কর্ফিয়ু খরগা কোমথোক্লে
হান্নদৈ প্'ং অমগা হেন্না হুকুম জারিথবে ।
ওদ'র উরকপরাও ?
উরকই ।

ঙমদি ঙমখ্রেদা অমদো
শোরেলতোন হেলোই অতোম্বীদো ।
হে কৈস্ু লৈ রা নত্তেমে
অমতুনা তীল ওইতুনা তৌবরি

ঐঙোন্দবু মা ঙমগদ্রাঙ হায়োবা?
অতুবুদি ঐশু মুন্না খঙিদা
নঙবুদি মঙোন্দতুম কবর্ফিযু জাবিশনবা
ঙম্বা জাংনি হাযবা খঙহৈবা।
চুম্মে যাম লায ডাংনি
থোং মাঙদে, লেবা চানদ, পাঙল মান্নদ
শযে হাযননী দে পাম্নোম খান্ননীদে
লাম্বা তৌননী দে হায যে বিবনে।
শোবেল মানা কৈদৌঙনানিংইগে
নম পো ওইবা তাইব মী ঐঙোন্দনো।
ঙাহৈ মচা অমতংগী ঙাকমনে
মিকুপ অমখক্ত গা চানে যাম লাই ডাংনি
তিংনা কুপ্পদা লোইশিংবিগে হাকবা
লে মাঙদে হায থংদোবপীবনে থাদোকপীবা
মবন্নাই শিংনিযে শিংডসন্নু
মতুনা তেন্না যনাও?
কৈ মতুনক্সি ঐনা পাংলিবসু।

মীনিল মখোল তাখিদবে
উন ঙাংমুম চিকখবে
মলযা নু শিং লেপখরে
নো মৈ মখোল তাখিদরে।

শোরেনতোন তম হোৎচিনখি মীয়াম
মখনাও মেৎখি মশম খোইখি
নোরোকী কোমদা ইম্থখি মণ্ডকশম পায়হনা
তাখি বোং তাউই লুফেৎ লুফেৎ।
আ: ওম্মোকপনিদা শোরেলতোন
চিংখৎপীগে হায়ববুনে ইকেম্মা
নশাদে পায়কম লৈতেনেহৈ
নমায় নখুৎ নশা অমাংবা ওাক্তা
ইতৈহেক তৈরেদো কদায়দা পায়হনা
করম্মা চিংখৎকনি ব্রারৌথুকো।
শোরেলতোন উপায় লৈতে
নরমচৎননি শাউবা য়াদেহৈ॥

# নোংজাবী অনীনা পাইখিবদা

লাইসু ভোংবী মীওয়ী অকোকশাগা
কাম্রং মহুমদ লৈবী ভীল মীওমদবীগা
অনী অহুম্ন নিশা চায় শা চায়
ছিদাক অশাবা ধকইফাম্নু, হায়নৈ
মহুব অচুম্বা ওইহরিগদরাও ?
চুমলমনি মখোয়না হৈত্তবা ধবক লৈত্তবনি ।
থকাওবা শারিনি হীয়চুম্‌না ওকথ্রবনি
মচুপ্‌ হৌ হৈক ভাওনা অনীদো ।

নোংমা য়েংঙ্‌সিদো করি হায়বগে ?
ফৈনে য়েংঙ্‌সিনে য়েংনীংঙি ঐস্নু
মখোয় অনীগী যুম্বানদো ।
ঐস্নু মখোয় য়ুম্বান অনৌবদো য়েংনীংবনি

য়েনখা পাউদাবা খোংবাল লালুম্বা
অনী অদো নোংমা চৎলে অকোকশাগীদা
থোঙ্গাল ময়াদগী অহুম উবা ফংলে
অনীনা কাংখল অশংবা ফিজং অশংবা
ফম্রেন নাকী স্ক্রিন অশংবা
চ্যেন পানবা জিরি জিরি চেনবা স্ক্রিন ।

কালোঁই কালেন বুংশা শাই
ফমুং অনীদো খাত্রাংনা থাই
লাইমু পুবী অকোকশা
লাই তোংলথী কাত্রং তীল
অনীদো ফম্লি ফয়েনথক থাত্রাংনা
মখোঙ য়াম্থু য়াম্থু
পায়বত্থুনা গ্রাস মচা অমমম
মীওম্বীনা হায়রকই লৈয়েং খরা ফাইরপ্পা
খরগা হৈরকখোদনা লৈত্রবরা ?
থামাইথ্রবী মীওমদবী অত্থুনা
হুয় হিদাক্কো চোরোক চোরোক
মীওম্বীনা অমুক হুংলকই—ওক্রবরা নওবো ?
নওম্থু কেগাম অমতংগা থকখোদনা ।
মীওমদবী তীল অত্থুনা শোনথাংননা থুমজৈ
মারিনবা যাওত্রবদি থকপা হৈনদয়ে ঐদি ।
অত্থুদি কাংখদগী য়েন হাতম অমা
চিংথোরকউদনা অত্থুগা থাংজৌত্থুগা ঐগোন্দা পীয়ু ।
অমনা য়েনগা থাংজৌত্থুগা পী ।
মীওম্বীদো শাংজৌ তাপ পায়খৎলি
শাদন থাত্থুনা থবৎ থবৎ
য়েন মওক তুবৎ তুবৎ ঈনা ক্রি ক্রি
মতু তনফোই ফোই মউন তনখোক খোক

মকক মকক দক দক সে সে পী
স্তোব থাগৎলো অতুগা ভৌয়ো।
কিনা কিনা ভৌই জী জী
মীঙমদবী মীশোম্না য়েংহুনা ফম্লপ ফং.প।

অচুদৈগীদি কমদোগেবু ঙসাই অহানবদনে
য়েন মঙক ককপা মংমদা
য়েনদগী কাপথোকখিবা ঈদো অতুনা
অপঙবী অতুনা মুংশিজনা লাৎচরিবা
ঈমা পান্থোইবীগী শমু হকচাংদো
ঈনা পুমলুপ হেক লুপ.লদো
মচু উবদা মীঙমদবী তেংথাহুদা কপ্লে—
হা পলেম ঈমা ইবেম্মা মুংশিবী
পলেম নঙবুনে অপোকপী
নমোম্বু ব্রায়োগন্তকো পলেম
হিংচাবী মীঙম্বী অসিনা তৌবিনি
নমোম ঐনা নংকো পলেম
নমোমদি লানজদবনিকো অপোকপী।
মীঙমদবীগী ব্রাহৈশিং অচু তাবদা
খবা শাউরপ ভোনা মীঙম্বীনা
মমিৎ খানা য়েংলহুনা হায়রকই—
নঙনা চানবা ককপীবদা শোয়খিবনিদনা।

ৱাহৱ অত্ন তাবদা ইমা পান্থোইবীদো
শাউবনা খাম্বী মৈহৌরে খাম্বা য়াদ্রে
শাউমনখিত্না শাপ তৌরক্লে—
করি হায়না তৌরকই শাপতো
হায় হায় মীওম্বী হায়বী হিংচাবী
মীওৎপী মীশা চাবী মিন্নু নম্বী
শোরেল নঙবুনে অকোকশা
শরোই ঙারোই পুমনম নম্বী
শারমচৎনা নরমচৎ ওইবী নঙদিনে
নথৱাইদো নথৱাই মচাদো
শিঙম নাঙমদনা মাঙবা ওইয়ুকো ।
মীওমদবী লানজদবী মকাদা ওৎপদি
খাওদেক খাওনাঙনৌকো শোরেল নঙ
ঈঙাং পাক্তকনৌকো ঈমু পামম্মেমনৌকো
নমা ঐগী শরীসে মাঙফগোইকো
কোরৌ নোংদম্নু কাফরোই
মালেম লৈদম্নু তাফরোই
লেপ্পমক পানবা ওইসন্নুহে
মীওৎপী শারোই ঙারোই অকোকশা ।

ইমা পান্থোইবীগী কোলোয় য়ারাসি তাবদৈ
হেলোই অতোনবী শোরেনতোন

লৈফম খঙখিদে উরু উরু লৈরম্লগা
মালেং লৈমায়থক্তা তুখি
ময়া কোঙ্গোল কাবকই
শ্বব মপী হোল্লকই শাংনা শাংনা
যেংলুবদা মশা উনমুক ঈংলম্লে।
শাংনা শাংনা হোনবা শ্ববনা চিংথোকখ্রমাল্লে
শোরেলতোনগী থরাই মঙাদো।

শোবেলতোনগী থরাই মঙাদো ওইবা তায
নহাল থাসি মুমিংতা
তুলিহল এযাবপোর্টতা নোংজাবী অনীখক
তোপ-তোপ মবিং-মবাং
পাইখিবদো ঙাংশং ঙাংনা ॥

( ৯ )

# খালাসীগী তলাবী

হায় হায় তারিবরা ইবেম্মা
তলাবী হায়বী নঙব্‌নে
এম্ভোক্না শাথীখ্রেদকো নঙসে
করিগীনো হায়বা নঙনা
ওইদবা পরেং লেং ঙাঙলিবা অসিবো ।
নপুন্সী চুপ্পা অওইবা হায়বদো
ঙাঙবা হৈনররোইদবা মীশক্ল নঙবো ।

তলাবী ঐদি অওইবতা ঙাংঙিনা
ওইদবা অমুক্তবু পোকপদগী ঙাঙজবকখিদ্রি
নোরোক হেক তাগে সত্য বিজ্ঞা সাথী ।
খালাসীগা লাকমিন্নৈ হায় তারদি
নঙনদি ঐবু থীনা তৌনি চঙহল্লোই ।
চঙহন্নবগীদমক ওইদবা ময়ামদো ঙাঙলিবনে
শাগৎলিবনিনে ৱানা শাগৎচখ্রপোৎনি ।

চুম্মীহৈ ৱাফম অতুমদি অতো খালাসীনা
তলাবী লোয়নরক্লবদি তলাবী স্তোব

ফুলস্তোব পুন্সীগী ওইনা স্তোব
চৈথৈ চিংলগদবা চৈথৈ।

অত্তুনবে ঐনা লাম্না লাম্না
ওন্ন—তৈনা ওন্ন তৈনা ভাওলিবদো
ওইদবনা ঐগীদি অওইবনে অওইবা।
লাকপাবুদি লাকমিন্নেয়ে মাগা
মাবু থাদোকপদি ঐদি ভন্মবোইবো
কমদৌজো হায়াবিবনো তাকপীবো।
মহাক্তি ঐগী শমক্রনে শমক্র
হেলোই মানা নম্বীবা শমক্র
নাখাংদা থুংহনবা শমক্রদো
থরাই হকচা যাওনা পামজক্‌বা শমক্রদো ঐন।

নাখাংদা অচৌবা শমক্র অমা
হন্দক্তা থুংলকহ নৌনা থুংলকই
হায়নৈ ময়াম্না শোন্নেযে খ্বাইনা
লুম্বদি লুমনিহে অনৌবনিনা ভারীদা।
হেলোই অতোম্বী খালাংনা ভালাবীদং
লমন থুমলকপগী নমলকপা শমক্রনা
লুমধবকপবু লুমজসন্নু খাংভু খাংভু
খাওবা কম্লগা ফমেন ফংবনে

শায়বা কল্লগা ওইনমবনে কাউগনো ।
থীবদি থীরেবো শাথীনা থীরে
য়েংবা য়াদ্রে হায়বা নশক্তো
নগায়দো ইথা থাগৎলে হান্নগী শক্তো মাতম্ভ্রে
রাশীদো য়াওদ্রে রাশী মচাদো
লৈতেংদো নণ্ডগী মায়খোঙগী লৈতেংদো
পাম্মুখ্রেদা পাম্মুবীদা রাশী মচাদো ।
থালাসীগী তলাবীদো রারম্মনি নওদি
নংকোক নমৈ খঙলয়রোইনে হা ?
নকোক অদো ঙাঙবম্মনি হায়বা ।
অদুনা ওইরিনি নহান মুদাং অমা
ফম্মাংদা থরো কাওক্রম ওনবদো ।
মতম অদুদা তেংথাবদা য়াদ্রোও
অদুগী কমুং ময়ায়দা কল্লগা
—হো সনা মতুম হায়না তেংথাবগুম ।

হো থালাসী নঙগী তলাবীদা
ঐ মাতজবে ঐগী পুন্সী লোইরে
খৌনাও তৎখরে খৌনাও তেংবা য়াদরে
লৈয়েং ফাইবে খোজেল থোক্করে
খোম্থোক মাঙখরে রাঙাং য়াদ্রে ।
খুৎ তেকলে, খোঙ য়াদ্রে,

শোরসি চনীং তাদ্রে লীলাঔবাইদবে
জগোয় শাদ্রে, তোক্লে পুমতোক তোক্লে পোৎথাব্রে ঐ।
মুম্না তেংথাইনা তওনা নওবু তাদ্রাও?

কদাইদগী কবম্না তাগদৌবিবা
নঙগা ঐগবু কযাম নক্লবতুনা
নোংপোক্কা-নোংচুপকা, থাপ্না-রাংগা
মৈবমগা কৌরুগা চিংখৈগা মোইরাং লাইজিগবো
মুক যাম্না থাপনবিসিবো লাম্বম্মু ফংনদনা
খালাসীনা শো লোন্দুনা থম্লিবা তলাবীবো।
লৈযেং ফাইববা খোঞ্জেল থোক্তুবা
নওগী তেংথাখোলবু কবম্না তাগদৌবিবা
মাইক্রোফোন্দা তেংথাবম্মু নত্তনা।
মাদি উতাংবানে উদা তাংবী উতাংবী
শেৎতোক ফাক্তোকপা ডমদেযে ঐনা
ফোইদংনবা পাঙ্গলম্মু লৈজদ্রে ঐগীদি
নপচবসনু হন্দক মপোক অসিনগীদি
নহাল মপোক্তা ঐনা তৌজবকপা
কর্ম্মগী ফলনে মহয়নে ঐগী
মাগী নীংবতা থু হল্লপে পেঞ্জরসনু মা
খাঙলগে ঐ রারবম্মু রানা খাঙলগে।
চুম্মি মানা তৌরিসি লমন খুম্লিবনি

মচিনঙৈদা মাগী খোঙজং অহানবদা
মাবু খরা থীনা তৌখি ঐনা কাউদ্রি হৌজিকস্মু
খঙঙি ঐস্মু মতুগী লমন খুমলিবনি মানা
ওইনীংবা অমা ওইজরসন্নু
মাঙজখ্রগে ঐ মাঙজগ্রগে
ময়ামগী নীংবা থুংহনবা ঙমদবা ঐ।

খঙঙেদা অতুবুদি মুন্না খঙঙেদা
নপোক থীরকপা হায়তুনি নঙসে।
নঙনা মাঙববু দ মাঙজখোও অতুদা
পাম্মূই হায়বা নঙগী নগুন ময়ামদো
চ্যেক্তি চ্যেকশিল্লিনে থাদোক্কেনে মানা
মিকুপ অমাফাও থাদোক্কে হায়বা।
নোংমদোন থাজবু রাহুনা উমবগুম
মানা নঙবু গ্রহনগুম উমলকইসে থাদোক্তি্রসে
চহী কুমজা কয়ামুক্তি শুরে হা?

শোক হুমফুতরা মঙাদগীনে, লীলা মফম
অমদা থেংনখিয়ে মাগা ঐগা
মুমিৎ অতুদগীনে মানা কাকফৈগুম
লামখৎলক্লগা হেক্তা নপশিল্লকইসে।
খলাসীনা ঐবু তলাবী তৌরকইসে

মমায়কাদি থাগ্রপোংনি ইকায় খঙদেয়ে
থাঙবনা কল্লিবা অঙম্বা তাল্লিবা মহানি
মাগী মশাদো অল্লাবা কৈমত্তা খঙদেইমি
চোকথবা লৈদে আইন কনগ্রেবো
মাদি ঐগীনিবু হায়রবদি হনবা লৈতে
য়েঙোসে, তাউ হাযবা, ঐ ত্নমগে –
মাননে মোবা অংকপী অমদা
নোং ফুং ঙানবদৈ প্লমিং অমা ঙাবফাও
ঐগী থোঙজীন ময়াদা কাঙ্কনা
ঔনা লাকদবা লম্বীদ যেংলগা
ঐবু ঙাইবা ঙম্মে হাযবা মাদি
মঙঙুম্বা ঙাইঙমদবা মী নত্তে হাযবা
হাযনরিবনি করিনোনে লোইনা খংনবিবনি
থালাসীগী তলাবীসিদি কনাগ্রেদা হাযনা।

---

রাফমসিবু নঙবু হাঃদৈ তাদতাংলাও ?
খঙদনরাস, সুকখঙদজাংলাও হাযবা।
তাববুদি তাইয়ে ঐস্সু তাদবদি নত্তেদা
অহুদা অসুক তৌবমনি হাযদি থাজকনবা
ঐনদি মাবু তাইবং মী অমা ওইনা খল্লুই
লাইফম্ববা লাইমু তম্মলাইগি শাদো নি
লাইচোংবী লাইমু শাঞবী হেম্লোইনি

হায়দি কনা খঙনি ঐগোন্দা কনানসু তাক্কে।
হৌজিকপুদি খঙলে মীনা হায়নবদো থাজরে
ভশেংনা ইমিংসিনা উরকান অসিদা।

তো অফুনি খলাসীগী তলাবী
খালাসীগী তলাবী হায়না ময়ায়া ঙাওনবিসে।
চুম্মী খালাসীগী তলাবী হায়নরিসে কনথ্রজাংনি
মৈ ঈশিং মুংশিং চঙদে মঙোন্দা
শাগৈ নাতৈ মরূপ মপাং থিদে
ইচিন ইনাও ইবুং ইপুরা খঙদে
মরী মতা ইপা ইতোল খাক্কে
তুম্না মাঙলবনে লোইনা চংথবনে।
সনা-লুপা, লীক-কোল, মাল-চাং
ইরোন ইরাং তাক্লবনে তাক্লবা।
করি করিগুম্বা মতমদনে ঐ
থরায় য়াম মুংঙাইরক্লবা য়াওয়ে
অদুদা হৌজিকপু কৈদৌরুদগে হাযবা
মঙোন্দগী নাম্বোক্লবা উপায়দি কৈত্রে
ঐনদি মাবু থাদোকপা ঙমদ্রে
নোংমা নোংমগী অস্নুম অস্নুম
ক্রক ক্রক লাকশিল্লরেদো।
পুনস্রে হায়বা ইখোঙ ইখুং

হেন্না হেন্না চেংশিল্লকলে হৌজিকনা
খালাসীগী শক্ল-থুংকী লীপুন পরৈ।
য়ানীংদবস্তু লৈয়ে পামদবুস্ত য়াওয়ে
অতুদা ঐগী উপায় অমত্তা লৈজন্ত্রবা
ঐস্ত খওদবদি নত্তে মুন্না খওবনে
অতুবু ভৌনীংডাই কৈস্ত লৈত্রে
উপায় লৈত্তে সহায লৈত্তে।
ঐগী পোকফম হৌফম ফত্তয়ে
লৈফম চাফম মথোত চাদে
মুন্না খল্লবনে মানা ভাকস্ত নাত্তয়ে
খালাসীনা ভালাবী কল্লিনসে ঐনানে
মচিনৈদা খরস্ত কোমথোকলুকনা
খরা কোম্না থাদোকখরে ভৌজসন্নু
মানা করিবু ভমগাদবনো খল্লুবনৈ
য়াম্না লাযনা খল্লুবা
কৈস্ত লৈবা নত্তে নীংলুবা
অতুগা মাদি মবো লৈবী ভমথীবী
লাইমাং পুবী হিংচাবী ভষ্টরম্নব।

হৌজিকপু করি ভৌগনি হায়বা
মৈরৌ হেনজিনথরে কাথেকখরে
পুংকা কারবনে কাথেকলবনে

মুস্নুক মুবা মৈভাল ওল্লেদনা ঐ
য়েংঙুদনা ঐগী ইশকসে কমদোগেবা
মরেক মহাও য়াওরিবরা হায়বা ?
ইখোঙস্ন পুল্লে য়োম্বিং ফল্লাং চল্লে
খুবৈ অমা নাম্থোকপা য়াদ্রে
শরংন্নুংদা লৈবগা চপ মান্নথ্রবনে
পুম্মাং হেক মাঙলেদনা ঐ
ঐ ওইদ্রবনে ঐসে শাগা মান্নরবনে।
মানস্ন মবোল অমা খঙগনবনিনা
চপথংলকইদো মাঙ-তুং তুং-মাঙ
য়েং-ওই মনীং মমাঙ চপ্পীদো
খুমফম খঙদা ঐ য়াম রাবনে।
ঐ পুন্সী লোইববনে লোইববা
হিংলি চংলি চারি থকলি হায়বতন
থরায় য়াওদ্রবা অশিবা মীগা মান্নববনে
মীথীবোং মীতম্বান ওল্লবনে।
থালাসীগী অকনবা তলাবীগী তলাদা।

তলাবী নঙগী মমল য়াম্নবা পুন্সী
ব্রহ্মামক্কা পোকঙমদ্রবা মপোক লোইরেদকো
তলাবী, হো তলাবী নঙবু কনগে হোংনকবা
মতম তানজা খিত্তং থয়নখিন্নুনা

কমবা ওমহৌজ্রেদো হন্দকী মপোক্তদি
ওন্থোকপনিদা পাম্মুপ্রদা নীংঙমখিজ্রেদা।
কনগেকো হয়েংমুকী মপোক্তা।

ঐগী হন্দকী মপোক হন্দকী পান্সী
লোইজসনু অরেম্বদা মাঙজাখিসনু
মপোক থীনা পোকলকপা ঐঙবা
পাক চাউরবা লোক্তাক ঈপাক্কী
লাইজ ঈমায়থক্তা থারম্বা
পীক্রবা কোঙ্গোল মচা অমা
ভাকখিবগুম্বনি ভাকচসনু কৈদৌবগে ?

---

# ঙারাকপী মতৈ মনাও মালেম কোয়বা

ঙাবাকপী মতৈ মনাও ব্রারী শাবি
লাইজনা চাংজৌ পারবা ঈমায়
চাণ্ডববা পুখ্রী অমগী ময়াযদা
তোংলত্নুনা মযুব মতোন্দা গ্রাব্রাংনা
লাবনা হায তারিবরা ঙাবাক লৈমা !
য়ারাত্নু তাবদা ঙারাকলৈমা অমোম্না—
ঙাবাকনিংথৌ ইবুংঙো করি যারাবু
তাকপীগে হায়বা কোলোযবিযুদো ননাওদা।
ঙাবাকনিংথৌ অত্নুনা যারা চিঙ্গোইবকই—
কুমজা মশীং য়ামলক্লেদো ঐখোয়না
পুখ্রীসিদা নৈশিন নৈশিন লৈরকলিবা
মালেম থুংনা কোয়গে অমুক্তংদি
পায়মা খৈনা খল্লেদো লৈমা
নঙনা করিবু খল্লিবা চিঙ্গোইযুদো।
লৈম না— ঙাবাকনিংথৌ ইবুংঙো ব্রাফম অদো
ননাওদী থায়নঙৈদগী পামজত্নুনা লৈবক্লবনি
হৌদোকচবা ঙমদত্নুনা লৈবনি ঐ।

ভারাকনিংথৌনা — ইশানৌ ইবেম্মা ভারাকলৈমা
শকহেনবী, নঙ ঐনা য়ানরেদে। ৱাফম অসে
অফবা থবক অমা পাঙথোকপদা
থীনকদে হায়না লৈবাক নি লৈমা
হয়েংমক খোঙশান্নবা থৌরাং তৌবসি।

ভারাকলৈমদা মকুংতোংগী য়াম্না তাবদা
হয়াংঙৈ খোয়রুম সোনোন নোকচৈ।
করি করি পোইবৈলম য়ৌশিগে
ভারাকপী মতৈ মনাংদো থগৎরি।
অহানবদা ভারতকী সনা কোনুং দিল্লী
মথংদা কাশ্মীর, বোম্বে, কন্যাকুমারী
পেরিস, ইয়োই লোইবদা আমেরিকা
থরান লীলাং লৌশীংগী ভারকম
মমিনা ভঙপ অরেং কেজকম।

শাবী ইবুংঙো ভারাক নিংথৌবা
ননাং ৱাফম অনৌবদি নীংশিংজগে
হৌধিবা মপোক্কুম্নু কোযজকই গালেম
লোয়নহৃনা থকিনগ্রবা ইশাবী অচুগা
লোনবেন্দো নীংবা থুংজরক্তে অপাম্বা
উজনীংবা সিনরী উজবা ফংলক্তে
য়ৌজনীংবা পোইরৈ লমদম য়ৌজরক্তে।

হন্দক মপোকী খোঙচৎ অসিদি
মালেম থুংশিনে ঙারাক নিংথৌবা।
ঙারাক নিংথৌনা — ঙারাক লৈমা !
করি য়ারাবু কৌবনো চিঙোইরিবত্তুবো
ঙারাক নিংথৌ ঐগীদি ইথৌদাংনিনা
ঙারাকলৈমবু পেলহনবা হায়বা অসে
ঐগীদি পুন্সীগী ইথৌদাংনিনে ইথৌদাং।

ঙারাকনিংথৌবনা পাউহৎলকই লৈমদা
হৌখিবা মপোক্কী খোঙচৎতো লৈমা
করিনা শাদোং ওইখিবা পাউদম্মুদো ।
খুমজৈ লৈমনা — নোংমদোন অপাইবী
মালং বসগাড়ীনা ননাওগী শাদোং ওইখিদা
ঙারাক নিংথৌবা কংলৈ মপুও অকনবা।
নিংথৌনা — অত্তুদৈ ফেয়ার হেনবা অচৌবা ফজবা
হেন্না তোংবদা মুংঙাইগদবা অপাইবী
নোংমদোন আপাইবী অতৈদি লৈত্রবরা ?
লৈরমনি খ্বাইদগী হেন্না মুংঙাইগদবা
অহেনবা অত্তুদা পাইরগা লোইবেদনা
—খুমজৈ লৈমনা।

ঙসিদি ঙারাকপী মতৈ মনাঙদো
মালেম কোয়বৈ খোঙশানবা মুমিৎনি।

ঙা মচা খরা অফং অফংবা লাক লাক্লুনা
চরা ব্রানথোক্লে অয়ুক ঙম্ভানা।
মপোৎ য়োমশিনবা হৌরে লৈজমখৈ
উপ্‌ দৈ খ্বাইদগী ফজবা খল্লে।
ফজৈ হায়না খনমখৈ হাপচিল্লে
পুগদবা উপ্‌ অতুদা মখোয়না।
অনীমক মফি শেৎপা লোইশিল্লক্লে।
ফিজোলদি কমদৌই কবি শেৎলি ?
ঙারাক নিংথৌনা খোঙগ্রাও অচোনবী
কোট, টাই, অরাংবা মচু শুবী
হিগোক, অঙাংবা, পেক্রুক মচু,
মচু মচুনা লাংবা ঙাক্ত অবাংবা
ঙরাক নিংথৌ ঙক্তা কোঙ্গোয় কিবে।
টুপীনা ক্রিকেটকী টুপী লাইখনতাবা
খোঙঙুপনা খুনীং ব্রাংবী খুদোনতুম্বী
হেক য়েংবদ অতুম মাল্লবনি
ঙারাকপীনি হায়না খ্বাইনা খঙনরবা
ঙারাকলৈমগী ফিজোলদি কমদৌরি ?
শাড়ী ঙাংশং ঙাংবা অমা শেৎ
ফুরিৎ শংত্রিক শংবা অমা লিৎ
কবুলিয়া মখোঙগী ফি ঙাক্তা
মশম বেনী লোন নাকল অনী থাদবী

যেনী মঙোনরায় কিশিল্লি
রুমাল মচা অরাংবী অমমল্লা ।
নেপালি ফুপীগী খুকেনী মওংদো
মরায়বক্তা নমী শিন্দুর ঙাংশং ।
ঙরাক নিংথৌনা এয়ার বেগ অমা পায়
ঙরাকলৈমনা শংত্রিকশংবা হেন্দ বেগ অমা
কুমথরকই অনীদো কারদগী লেম্না ।
অনীতুনা চিংশিল্লি মীয়ামগী মিংথয়েং
এয়ারপোর্টতা লৈরম্বা মীয়াম অতুগী মিংথয়েং ।

মখোয়না ঙহাক পোংথা কম্রিউ
চঙশিল্লকই পাখং মচা অমা অনীনা—
নমস্তে ! তাইবুংঙো নমস্তে !
কদাইদা লেঙগদৌরিবনো তৌবিরকইসিবো ?
এঃ ইতৈমা ইবেম্মাসু য়াওবিরিনা, নমস্তে ।
ঙারাকনিংথৌনা খরা পোঙলপ তৌ
য়ারক হাইফেৎ ঙং চিন্দগী মৈখু খরা কামথোক
হাম্মরকই— নতৈমা ইবেম্মা ঙারাকলৈমসে
চংথোকমন্দ্রে লম তু খরা কোয়নীংঙি
মালেম থুংনা চৎনীংঙি হায়রিয়ে
অতুদা খরা পুথোকপীরুগে হায়তুনা ।
মখা তাপ্পরকই মুপ্পামচাশিং অতুনা—

করি করি লৈবাক্তি য়োব্বিরক্কদৌরিবা ?
হেক য়াবমখৈ য়োরক্কে খল্লি ইয়াম্বা
নতৈমনা য়োনীংডি হায়বদি য়ামখরে
কাশ্মীর, বোম্বে, প্যারিশ, আমেরিকা।
অত্তুদি লৈবাক য়াম য়োদোরিজাৎনিদনা
তাইবুংডো ঐখোয়স্তু তুং ইনজনীংলেদকো।
অং মালেম লৈকোয় থুংসি হায়রিয়ে
নতৈমনা বোম্বে য়োরগা লতাগা
ঈশৈ অমতং ফাংননীংগুমস্তু তৌত্রা
প্যারিসকী টাৱার কানীংডিস্তু হায়
হোলিউদতা ইলিজাবেট টেইলবীং নত্রগা
আভা গার্দনগা এক্টিং থেকননীংডি
হায়নস্তু নতৈমনা ঙহাক লৈতনা শোল্লি।
ঐস্তু এরোল ফ্লাইংগা উন্নরক্কে
ৱা অমতং তান্নরক্কে খল্লিবনি।
মৈতৈ মচাশিংসে ফিল্ম য়াম পুথোক্লরে
ঐস্তু খম্বা-থোইবীদো পুথোক্কে নীংলি।
হোল্লিউদগী স্তার অমা অনীদং
খম্বা থোইবীদো কুম্নবা নেল্লকসিরা হায়না।
পাখং মচা অনীদো শোন্দনা থোকখি
খঙত্রেদা তৌরিসে হৌজিক মতমসে
য়েংবা হৈরবদি কুমহৈগী কুনহৈ ঙাক্তা।

প্লেন কাথংখরে তোংখরে অনীদো
য়েংনহোই ময়াম্না মিং কুম্না লৈত্তা
মখোয়গী ফিজেং মখোয়গী শাজং
চিবোন চিবোন করেম.কথাইনহৌই।
মখোয় অনীত্নি করি থওইখিদে
করিগুম্বা শমিন অমত্তা ফংখিদে
মপোকম্বিমগী ভাব তাররোইদবা
মীওইনি মখোয় অনীদো।।

কলিকাতা এয়ারপোর্ট য়ৌরে অনীদো
কুমথরক্লে প্লেনদগী মাল লৌথোক্লে।
কলিকাতাদা নুমিৎ মঙানি ফাইরে
দিল্লীগী টিকেট ফংদ্রুনা মখোয়।
নুমিৎ মঙানি ফাইরিঙৈ অত্নুদা
য়েংবা য়াবা মখৈ কলিকাতাদা লৈবা
য়েংথোক্লে শেল ফনা য়াম্না লোইশিনখি
মখোয়না কলিকাতা কোয়বা অত্নুদা।
মখোয় অনীনা দিল্লীগী যাত্রা হৌরমদাই
হোটেল মেনেজারগী বিল অত্নু উবদা
মতৈ মনাও অনীদো প.মঙক ঙকখি
শংত্রিক য়েংনৈ মমিৎ তরু তরু পাং
ঙারাকলৈমনা অস্তুক য়াম্বা শেলসিদি করয়া ?

ভারাক নিংথৌনা বিল পূরকপা বোইছ্‌দা
হুংঙি করম্না অস্তুক য়াম্না তারিবা ?
বোইছ্‌না মথং মথং হায়থরকই—
বেদ-টি অনী অনী, ব্রেক ফাস্ট অনী
লনচ্, ইভিনিং-টি, দিনাব অসিগী মমল।
ভারাক নিংথৌনা হায় ঐগোয়দি
নোংমখক্তনিনা লক্ক চাবা সিদদি
মুমিৎ মরীনিদি মপান্দা ভাক চাইনা
বিয়ারর অতুনা—স্যার চাবা চাদবা
স্যারখোয়না চারোই হায়রমদবনা।
স্যারখোয়গী চাক শরুক অতু অতুম থম্বনি
চাদ্রবস্থু পীবা তায় অতুনা হায়জবনি।
স্যারখোয়দি চাবস্থু অহাওবা ভাক্তা চায়দো।
মেম সাহেবতি য়াম কেথোকমাল্লেনে
ওস্থোক য়াম য়াম হুনন্দোকখরে পামুবনা।
ভারাক নিংথৌবা উপায় লৈতে
পীরম্বা তারে লুপা লীশীং তরামঙা
নিংথৌনা শোনথাংননা হায়খি
ঐনা হোটেল ভারা য়াম্না তাদবদা
লৈসি হায়বতু য়ারম্নবদি সি থোক্লম্লোইদবনিদো
লৈমনা য়াবা কৌবা লৈখিদে
মমল য়াম্বা মমল য়াম্বতা হায়তুনা।

সুমিৎ মণ্ডানিগী তুংদা য়ৌরে দিল্লী
মোগোল গার্ডেন, লাল কিল্লা, রাজভন
কুটোব মিনার, ইন্ডিয়া গেট, বিরলা ভবন
কনৌট প্লেস, শুনা য়েংলে উরে।
মথংদা কাশ্মীর পাংলে কাশ্মীর য়ৌরে
হৈতুপ চারে হাওরে ঈংলে থুমিদাং
য়েংলে থৃংশেমগী দাল পাং মৈঙান্দা।
অতুদগী খোঙপাল্লে বোম্বেগীদমক
য়েংলে তাজ হোটেল, মেরিন ড্রাইভ।
পুরকপা শেল অত্তম থোকপগী
লোইখরে শরুক অনী থর হেল্লপ।
পুরকপা লুপা লীশীং য়াংখৈনি
হৌজিক্তি লুপা লীশীং ভরামঙারোমতা মঙাইরে।
অয়াম্বদি হোটেলগা টেকসীয়ালাগানা হাংখিবনি।
হোটেলনা চার্জ হেন্ন তৌশিনবা।
টেকসিনা লম্বী ওয় ওয় শাংনা শাংনা
পুক্কিবা মসিদা লোইখিবা শেলনি লোইখিবা।
মখোয় অনী বারে সুংশা থীজিল্লকলে
শেল লোইশিল্লকদৌরে কমদৌশিপে
ঐখোয়বু হল্লহৌবনা ফরবরা থল্লরক্লে অনীদো।
ঙারাক নৈমনা কমদৌনি হনবা ভারেদনা
শেল য়াওদ্রুনদি কররমা লম কোম্নগনিদো।

ঙারাক নিংথৌবনা—
হনবা তারেদনা ইমা লৈবাক মনিপুরদা
কন্যাকুমারীদি য়ৌদ্রেদো লৈমা !
ঙারাক লৈমনা—
হয়েংমুক্কী খোঙচংতা য়ৌবা হায়দুনি
ইমা ইবেম্মা কন্যাকুমারীনা চানবিত্রবনিনা

শেল য়াওরক্রবনিনা হনবা তারে অনীদো
প্লেন তোংলদুসি রেলগাড়ীদা হন্দক্তি
উপায় লৈরক্রদি মখল মথেল
মহাও তং তংডুনা য়েংবা তারেদনা।
লৈমনা—করি ক্লাসতা তোংগনি রেলগাড়ীদি ?
করিনো শেল লৈরক্রবু থার্দ ক্লাস
ফবু ফমনখ্রে ইবেম্মা য়ৌরগা লোইরে।
থার্দ ক্লাসতা তনগং চিক্তুনা হল্লকই
অরাবা কয়া খাঙ শাংলবা লমশাংদো
মী উখিদনবা কন্না হোংনৈ অনীদো।
মথং মথং অসুম লাকপদা লমশাং ওইবনা
সুম শেল লোইশিল্লকই থুং তংলকই।
ঙারাকলৈমগী লীক, খুজী, খুদোপ
নায়ানবী মথং মথং কায়রকই য়োল্লকই
ঙারাকনিংথৌগী ভি-আই-পি উপু

খোঙগ্রাও অফবা 'শামতুগী কোট লৈরক্তে
ফনা য়াম্না কোকশিল্লক্লে অনীদো।
অস্নুম্না লাকপনা ডিমাপুর য়ৌরক্লে
থুং তংলে বস ভারা লৈরক্তরে
চরা নাম নামতা চাবা ফনা কুইশিল্লক্লে
মমিং কুংলে ময়াং কংলে লোইরে।
ডিমাপুবদগী মাল গাড়ী অমদা
বোরা মবক্তা তোংলকই অনীদো।
বেগ মচা অমমম পায়রিবতুতা মঙাইরে
ইম্ফাল য়ৌবে বসতগী কুমথরে
অরাং দোকানগী ধর্মশালা মপাদা।
রিক্সো ভারা পীনীংঙাই য়াঙদরে
মখোঙনা চংপা তারকলি অনীদো
অতুনা হুমিং তাবা মমলকপা ঙাইবি।
মমশিল্লক্রবদা মখোয় অনীদো চংথরে
য়ৌরে ময়ুম রা মচেং অমতা ঙাঙনদে
তুমিন তুমিন মথুং মখদাং শৌ চিন্তা।

থুংলবদো হুমিদাংনি নোংঙাল্লে
মখোয়গী পুত্রী অমনবদো
ময়ুর তেক্লম্লে তোংফম লৈরমদরে
পুত্রীদো লাইজা ঈশিং কংলমলে

# হেলোই হেলোই মীহেলোই

ঙাথা মিংতাংবী অমাফাও লৈরমদরে।
খংনরে ঙারাকপী মতৈ মনাও কম্না
লাউনরকই নঙনা নত্রা নঙনা নত্রা
নঙনা থোকহল্লি নত্রাও সিবো।
অমনা হায় অমনা তাদে খংনরি
অমনা হায় অমনা তাদে লাউনরি।
নঙনা করিগী হৌবিরিবা ঐবো ?
নঙনা করিগী য়ারিবা ঐনা হায়বা।
ফুনরে খংনরে অঙম অঙম্বা থানরে
ঙারাকলৈমগী য়েংথংবা মরায়বক্তা
শংত্রিক শংনা খাম্বা অমা লৈরিদো
ঙারাকনিংথৌনা ফুখিবগী চৈফম্নি।
হৌজিক কমদৌ তারিবা ঐখোয়বো
কদায়দা ঐখোয়গী ইহুম শাগদবা
উপালস্থ মরু ওম্না কোকলম্রে
মসি পুম্নমক কনানা থোকহনবনো
অমনা অমদা তাইনৈ অমনা অমদা তাইনৈ।

ইস ! ইকাইখরেদা ওহ্মোক্না ইকাইদা
তাংজ ফিরুক থুমলেদনা ঐখোয়দি
তৌরি মতৌসিবো করিনো হায়বা
কল্লক মমাঙ চাং তারেদো

সনা শোরোক য়াংবীথক করম্না
ব্বায়র খোঙদোয় হুনগনি ঐখোয়বো
চোপলেদো পুন্সীগী ওইনা চোপলেদো
মপোক অসিমগী লোইরে হায়বা ।
কারিবা মায়হীংসে মায়থোঙ মচাসিদা
কোক্লরোইদবা মায়হীংনিকো
ও ঃ নীংঙমখিদ্রেদা
ওম্থোকনা নীংঙমখিদ্রেদকো
মায় মচা অসিস্থু মায়হীংনা
ওল্লেদনা নেগেত্তিব ।

---

# শরোই পোকপা অপোইবা

নোংমা কোরৌ অমদা শরোই মপী মায়চোনবী
য়াংদৌ খোঙদোয় হুল্লকই ৱাইরা খোঙকাপ থাংলকই
শরোই পোকপা অপোইবা মাগী মগাইকাবু তম ।
য়ৌরক্লে মায়চোনবী শরোই মপীদো
মতম তানজা অতুদা ইপল পম্ফৌদি মরাল শঙলেনগী
মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাং থুকউ পুন ফম্নতুনা
চিনবান কাংমৈ খুরিদো তোংজৈ থবুম চিং ।
য়েংথোকখিবদা উবক্লে মায়চোনবী শরোই মপীদো
ইপলগী শুমাং মঙাফবদা লেপতুনা লৈরম্বা ।
তরাম তরাম কৌশিল্লি শরোই পোকপা অপোইবনা
চিঙ্গোই পাউহংলকই—ইচন মানবী ইবেম্মা !
করি য়াৱা কোলোয়নীংবা লৈতুনা খোঙৱাইরকপা
নবুং ঐঙোন্দা পাউদম্মুদো পেম্মা মায়চোনবী ।
নোল্লুকনা শরোই মপীতুনা থুরুমজৈ অপোইবদা
ঙহাক পুঙ্গোই লৈরগা অপোইবা মকাদা
য়াৱা পাউমেনজরকই শরোই মপী মায়চোনবী
—ইবুংঙাইবা করিস্নু থোইদোক্কে ইচম চম্বা ৱাফম্নি

ঐতগী ওইবা লম্বাইগী ৱাকমনি
অমখক্তনি হায়জগদবা স্বপ্নগী অমখক্তা।
নচম্মা ইবুংঙা হঙ্গৎচগদৌরিবা ৱাকমসে
পায়মা খোয়জংনা তিল্লাং খয়োৎনা তাবিয়ুকো
নচল লাইবক চাউবীনা ইবুংগী নকাদগী
করিগুম্বা অমতং নিজগে লৎনবা লৈতা পীবীয়ুদো।
শরোই পোকপা অপোইবা য়াৱাদু তাবদা
চিঙ্গোইরকই অস্থম্না - নবুংদি লাইরবনিদো নংঙি
করি লৈজবা নক্তে নখোয় খ্বাই খিবিক্লা খঙলিবহুনি
ইচন্দবু করি পীনীংঙাই লৈগদগে ঐগী
অরৈববু ওইরবদি পীগনিনঃ খাকপা লৈতা
হায়উ হায়উ অপাম্বদো অপাম্বতা হায়উ।
ইবুংঙাইবা অতৈ করিস্থ নক্তেদা পামজরিসে
লাইমু লাইনাও মচা অমতং খাইবীয়ুদো নচন্দা
মতুগী তরেৎ শেনজা মমলদো কৎচগনি মতীক চানা
ৱাকমদো তাবদা শেনফম অমা লৈরে খন
হংবিরকই শরোই পোকপা অপোইবনা!
ইচন মদন মানবী মায়চোনবী ইবেম্মা
করি করম্বা থৌরমদা শীজিন্নগে হায়বা
লাইমু লাইনাও মচা শরোই ঙারোইবুদি।
শরোই মায়চোনবী মপীনা—
নচনগী ইমোম লাংলেন অমতংবু লৈজেদো

ইমোম মাগী তেংবাংনবা মনায় অমখক্তং
থমজনীংবা অমাবু লৈরেদো মহাক্তো ফানবা
নচন্না পামজবনি লাইনাও লাইমু মচা অমখক্তং
অপোইবনা—
ইচন্না প'ম্নবদি পীববুদি পীগেদা অত্থুদা ?
মায়চোনবীনা—
চিংনা পরৈ হুকপীগন্নু ইবুং মহীবেন অপোইবা
কংচগনি ঙমজবা তবেৎ শেনজা মমলদো
খন্নায় শোক্ল হায়জবনি পীবিদবা তৌবিন্নু ইবুং।
মায়চোনবীগী য়ান্নাত্থু তাবদা মহীবেন অপোবইনা—
ফরে ফরে অত্থুদি মঙনবু নথন্নায়না অত্থু য়ৌনা পাম্নবদি
ইবুংনা শোয়দনা পীগনি খরদি চোকশিনবা তাইদো।
শারোই লাইমু লাইনাও শান্নবসে লুবনি।
অখঙবা ওইরমত্থুনা হল্লক্লবদি শোকদবসে
ইচন্দা নক্তেদো নবুং ঐস্থু শোয়দনা চেন্নরক্কনি
অহনথ'দা নবুং ঐহাক চোপনীংদেকো ইচন।
ফবে অত্থুদি চঙকও মী উহনবদি য়াদেদো
ইমুংদা লোন্না হোৎনরুরসি ইবুংগী তুং ইল্লকউ।

অনীদো চঙলকলে ইমুংদা সনামহী কাচিন ভম
খুরু খুদক লৈতানা কুম্লে অনী অদো
মালেম লৈবু লাইবক শোক্ল কংলে খুরুমলে।

শনা মহীয়েন লাইনিংথৌ লাইরেল ইবুংঙো
পোকালেন পোকপা শাংলেন শাংপা অওম্বা
নিঙবি ফিগাও শানা লাইমু মচা অমত
হেলোইদা থাক্তিন্নবা পীবিম্নু মাংগোনবী খুংতা
শবোই মপী মাংগোনশীদো ফিগাও শানা য়াজরে।
লেম্না মহয় ফাজগে ঐগী নীংজবা থুংজগে
খুকমত্তনা নিংগরে শবোই পোকপা অপো বদা।
শবোই পোকপা ইপন মানন্ত্র চিঙ্গোইদীবে –
লাইনিংথৌনা কুবিকন্ত নাংডবদো নতগী থু জবো।
ইচন ইবেম্মা মাংচোনবী খবদি চোংশিন্নুকো
শবোই লাইমু লাইনাও শান্নবনে গুবনিকে।
কবিশুন্না হন্নবপা থোক্লবদি চাকথাক কনবা রাগনি
নীংবা থু লক্লবদি লাইমুবীনা ওৎলকনি নৈরক্লনি
ইচন থাংব রাগনি নান্নোকপা য়াবোইকো।
শবোই মপী ডারোই মানবী মাংচোনবীন গুনৈজে—
নচন্না ইবুংগী য়াথংবু মালেম নৈদা তাইনজবোই
থোকখি লাইমু মচাদে। পুত্তুনা শবোই মপীনা।
মহীরেন অপোইবা শান্নবা শবোই পোকপা ইপলদো
নৈহৌই শংত্রিক য়েংত্তুনা কৎলম্বা শেলদা।

কোয়ৌ শিংবুম খরনি হৌগ্র তুং নোংম
খেনফম ফবা পুংজাদা অপোইবগী য়াথংতু ইন

তেনকাপ চুম্না তেঙ্গা থোং কাপলে লাইনাওদো
ফত্ত শরৌ হৈবী হেলোইতোন মকাত্ম।
তেনরাই তেনকাপ চুমখি পানখি শেং শেং
ঙাইওমখিদে নোংঙানবা পাইরকখি হেলোইতোন
শরোই মপী মায়চোনবীগী মমোম লাংলেন মকাত্ম
ঙারোই নীংঙোলত্নগী লাইরেল থাঙ্গাকান্দা চঙশিনখি
হৌদোকপুই মিকপলো মিকপলো ঐ য়েৌরকলে
ইথোঙনা থো না লাকচরবনে ননাই য়েৌজরক্রে
ইপুংঙানবা ঙাইওমদে উনাংবনা মায়থোওদো
কনাই মুংশি লীচিংনোসীবো খোইনৌ নওবো।
ইতা ইবেম্মা মুংশিবী য়াংদৌ নঙবু চাংরোই
ঙারোই মানবী পুম্বুম্বী তরু তহেন নীংথিবী
হন্দক মপোক লাঙোনসিমগী ওইজরগে
হেলোই ঐনা ঙারোই নওগী অচানবী।
শরোই মপী মায়চোনবীগী মমোমলোই
ঙারোই মচা প,মবুম্বী তনোই তনোই
তুমশিং ফাদবগী মমিং নোইর নোইরত্নুনা
য়াকাইরকই হৌগংলকই হংলকই ফম্লনথক্তে —
ইশানৌ নঙবু কনানো ? করি য়ারানো কোলোয়রিবা ?
ইতা ইবেম্মা ঙারোই, হেনজবী, নীংথিবী, ফজবী
নওগী নতারোই রাঙম হেলোইতোনবু খঙদ্রবরাও
অকাও পরৈ চল্লবরা হায়মি ইতা ইবেম্মা।

হৌগৎলো হৌগৎলো লাকলো থোরকও সে
নচিন নয়া শেংলরো মপোৎ মচৈ ঙন্না পুথোক্লে।
শামু লমশা খোঙথাংনি কাইদা কাইদা
থোরকলে লুহোং খোঙথাঃদা ঙারোই হাতম পুমবুম্বী
মপন পান্থৌ মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাং ফমদেংলরে।
হেলোইতোন্না ঙারোইদা তৌবা থৌগল কয়াদা ফজবা।
চাংদমনীংঙাই নৈতে ফজৈ তমজনীংঙাইনি।
অস্থুন্না নোংমা অমা ইন্নুং হেক ঙানবদগী
ন্নুমিদাং য়াহিপ অম তাল্লমদাই ফাওবা
থৌগল ফংজবনি হেল্লোইতোন্না ঙরোইগী।
হেল্লোইতোন ঙারোই থৌগলদা হনবা নৈতে
লেপ্পা নৈতে পোৎথাদে অরাবা খঙদে।
হেলোইতোন্না তৌরিবত্থু উরগা হরাওজৈ নোকচৈ
খোইরুম মোমোন তৌ মায়চোনবী শরোই মপী।
অস্থুন্না লেল্লকপসে কোরৌ কয়া হৌখরে
থাবুম কয়া লানখরে কুমজা কয়া হায়রক্লে
পাক্লবদা চহী কুমজা মাপল শুজিল্লক্লে
মাপলদি অপনবগী তাংফম্নি অপনবনি।
শরোই মপী অপঙবী করি খল্লুদে তুংলমচৎকি
হেলোইতোন মীনায়নি মীনা ঙাংনব তারকই
লেপ্পা নৈতে মীয়াম্না ঙাংনবা তারকই হেলোইতোন
তোয়না তাশিল্লকপনা ইকাইবা অমা পোকলক্লে

শাথীবা লমন অমতং থুমগে হায়না
লেপগবে হেলোইতোন শবী নামুংথবে
থা-থা নত্তে হেলোইতোন হিংচাবীনি হিংচাবী
শরীখিব তু ইন অইন কনবী হেলোইতোন
থিরক্লে লাইমু মচা অমতং ফাগে হায়না
মখোঙ মবী লী লীত্নুনা হন হন্দুনা থিবকলে
থিমখৈ খিরুবগা কাইনথ দ লাক্লে মাস্থু
শবোই পোকপা ইপল অপোইবা মকাতম।
হেক উবদা থুক থুদক লৈতানা মালেম লৈদা শোক্না
মিৎল্ন পিবাং ইচেন্না থুবমহৈ শবোই পোকপদা
হেলোই চন্নুবী মতৌদু উবনা নুংঙাইতবে অপোইবা
শবোই পোকপা ইপলনা যারা মপাউ হংলকই—
ইমোম নঙনা নথরাই শোক্না হীক হীক কপ্লদি
তম্বা কনানা ইমোম্বু লাকচ থুত্নুন চল্লবগে
ইপাদা চিংথবা লৈতনা তম্মুদো ইমোম মানবী!
য়ারা কোলোইদু তাবদা হেলোইতোন্না-
ইপল পন্থো অপোইবা নমোম্বু শরোই মপী
শুনীংদবী, মামন্দবী, নাওকোন্নীংদবী অমনা
নচাবু লাকচ খুত্নুম চনথবে পন্থে অপোইবা
খাঙবদা রারেদা নমোমদি অমুক্তদি পোকপীযুগবা
য়ুমলেপ চারা তমজনীংবা লাইবক চাউবী ঐহাক্লি
ইপলনা থৌজানবীদ্রবদি নচাদি অরাফম তারগনি।

কনবিয়ু হায়জগে লাকপনি পম্বৌ নকাদা।
কমদৌনি ইমোম তয়েৎ শেমজাদি খর চঙগনি
ইপাদি লাঙ্গৈরবনিনা লেমনা পাংবদি ঙম্লোইদো
কমদৌশিগে ইমোম মদম মানবী ইবেম্মা।
পম্বৌ নচানা মতীক চানা লাওজরে লৈজনি।
ফবে অত্থুদি চঙলসি ইমু' শঙলেম্নু'সিদা
ইপা ইচা থব্রায় য়াওনা নিজরুরসি।
সনামহীবেন কাচিন্দা চঙশিল্লে থুরুমলে
ইমোম নপুরুী' লোঙগন্নু রাশক চেৎলুকো
নমিৎ পাঙথোকম্নু পুরুী' লৈতানা খরুমজৌ।
লাইমু মচাত্থুবু ঙম্বা অমা থারগেকো
শয়েং পাম্বোম ঙাম্লহনগে পীরে লাইমু মচাদো।
মসে ঐনা পীবিবা অসে কৈদৌনোংদা থাফদে
চেৎনা লুনা থম্মুকো নীংথিনা শেন্নগদবনি
ইমোম নঙগী নথরাই শোকমনবত্থু উবদা
ইপলনা য়েংবা ঙমদত্থুনা পীবনিকো ইচাদা
অতৈ কনা মকাদা পীদেকো ইপানা
নমায় পাকপা ওইজৌকো. মকোক্তা অত্থুমলক নানবী ॥
হয়াও হবাও নোক্তুনা মরান্দা হল্লকই হেলোইতোন
হৌরে মাস্থ তেনকাপ্পা লাইমু মচাদো থাদোকখরে।
ভাক্কদবা য়ারা তাক্লে শোনবা য়াবা মন্ত্র শোল্লে
হায়খরে তোংলুরো ঙারোই লেংবান্দা তোংলুরো

থৌরুবো ঙমজমথৈ মায়গৈ শালাই খঙদনা।
মথৌ পাঙথোকপা হৌখবে হেলোইতোনগী লাইমুদো।
ঙারোই খাওবা ঙমখিদে নোংঙানবা ঙাইঙমখিদে
থোকখি থোঙ্গাল তম অমর্ম অঙাম শিন্নবকপদা
হেলোইতোনদি খোমলেন য়াতারমনি য়াকাইদ্রি
থোঙদা থীল্লি দং দং হৌদোকই হৌগংলো
চাবগী পোবোল শংলো থোঙগী নাতৈ কাঙলো
ঙাবোই লাক্নে ননাক্তা উনীংবনা খ্রো খ্রো খোং
হেলোইতোন হরাওই পেল্লহুনা নীংজবা থুংলবদা।
পায়মলুংদা খল্লি নহালমথৈ মখোয়না তৌরম্লিসি
ইপন শরোই পোকপনা পীবা মহৈ ওইবম্লেদনা।
খঙগনিদো শবোই মপী নহাক্না ঐবু লাক্লখিবা
হৌজিকক্তি ঐনা ওম্লেদো নমা নচা খাবক লাক
লাক্লবগেদে। হনবা লৈবরোই লমন খুম্লগে
রাশক পন্দোল লোমখ্রে শরীখবে শবোইতোন।

খ্বাই খুদিংনা মফম খুদিং উবিবমগনি
লাইমু লাইনাও শবোই ঙাবোই অনীনা
শোবোক যংবীথক শমু মীয়াম মীতিনফমদা
কোয়চেন চেল্লিবা অচোপ অরেম খড়দথৈ।
নমুপোং ওইবা তাইবংগী মমিং নাহল্লিবা
শবোই পোকপা ইপল পম্থৌ অপোইবা

মঙোন্দগী থাইদোরকপা লাইমু লাইনাওশিং
ইকাই ইকি খঙদবী থৌগল্লোন খঙদবী
লাই ফত্তবী লাইমুনি লাই অমোমনি শোরেলনি
ইমুং মন্নুং মথক মথা ওল্লিসি শোরেলতুননি।
ইপল অপোইবগী শেগাদগী পোক্লকপা
ব্রাখল খাংতপ খনবা অপোইবগী মচাঙাক্তনি।
শরোই মগী মায়চোনবীদি কমদৌরিবা ?
মাবুদি নীংঙমদা মৈনা চাক কাথেক্লমাল্লেদা
তেংথা নাংইতুনতা লৈরে হায়না তায়দা।
তেংথাও পেন্না পেন্না তেংথাও নরমচংননিকো।

মালেম তাইবংদা থোক্লিবা থৌদোকসে
নমুপোং ওইবা মীংইববু লাক্লরিসে ব্রাহললিসে
অপোইবনা শান্নরিবা কুমহৈ ময়ামসে উবেদো
নোংমদোন লাইরেম্বা লাইরেম্বী ময়ামদো
অসাও খাম্বী মৈহৌরে লাইয়াম তিন্নরে খন্নরে।
অপোইবদা ব্রারক চৈরাক পীদ্রবদি
লাইয়াম ঐখোয় খিবিকসে
নোংমদোন লাইরৈবাক্তা লৈবা য়ারোইদৌরে।
খোঙমী লানমী খরা থাতুনা লান্দাহল্লুরো
হায়না অরা, নোংপোক নিংথৌরেলবনা
চিঙোই য়াথং তাউথরকই—

লাইয়াম্না ব্লারেপখিবা তুংইন্না।
য়াথং ফংলতুনা শোরারেলগী
নোংশুমলকলেদো লাইয়াম খিবিক্তো ।
অপোইবা নমতুনা ফারে ইন্থরে নোরোক্কী কোমদা
লাইমু লাইনাও ময়ামদো মাগী মাগী শাদোং
লোঈনতুনা নোবোক্কী কোমদা তুপ তুপ
য়েংঙু য়েংঙু লুফেৎ লুফে অপোইবা হাংকদগী
তান্নরিসে কয়াদা ব্লারবনো অপোইবা।
চেল্লু অপোইবা তাল্লু ফংনবা লাইনাওশা।

লাইনাও লাইমু মচা ময়ামতুনা মখোঙনা
মরায়বক্তা, মমায়দা, লব্রায়না, মথবাক্তা
কাওশিল্লকপদা খাঙবা ঙমখিদে তপতাখি
শরোই পোকপা অপোইবা হন্নু হন্থিদো ।
লাইমু লাইনাও ময়ামতুনা অয়াকপা খোঙ্গেলনা
লাউ খোংঙকই চৈরকই শাথীবা ব্রাহয়না
হন্নুবা চিন্থবা, মীহাৎপা, মীওৎপা, কারামজাও
হিংচাবা, মীহীংচাবা, নথবাক শেগায়তুনা
ঈ চুপ্পগতা পেনগদবনি ঐখোয় ময়ামসে
নঙনা ঐখোয়বু হূইগুম শীজিন্নখিবা
কাউবা য়াদেনহৈ নঙমা তৌখিবশিংদো ।
লাউর লাউরতুনা লাইনাও ময়াম্না খোঙপাক্রা

কাওশিল্লি- খুতুম্না শুজিল্লি, কিন্না থিনজিল্লি
শিংচিল্লি তিন অপোইবগী মমায়দা ।
অমুক অমুক তাউখৎলকপদা উবা ফংডি
মকোক, অতাওবা কোক্কো অপোইবগী
অভাওবা মকোক্ত' মঙা তবা
লেং লে' চংপদে ..প নপতুনা
ল্লফেৎ ল্লফেৎ তবু' তবুং ওল্লি
ঈশিংপা লোইরকপগী লৈনাংলক্কা ঙা ওনগুন
ওল্লি উরকই অপোইবগী মকোক তুম্বাদো
লৈখোম লৈনাং ইতৈ-তৈ পায়ফম লাকফম লৈতা
নোবোক্কী কোমদা লুপমিন্নরে লোয়ননা
মাগী খোঙবী খোঙনাও ময়ামতুগা
অহল থংদা কয়াগী মতীক ব্লারবনো
নঙগী পোলোইদি অসি ওইবেকো অপোইবা ।

---

# খুল্লাকপগী থেলদা অপুন্বী শোরেল

নোংপোক মায়কৈ ঙাল্লক্লে, উচেক্কী মরূপ্না খোংলক্লে
লৈপাল হৌরিবা লৈকোলদা, পোমতুনা লৈরম্বা লৈশি দে
লৈকা ফন্না শাংকাইরে, হায়না হুম্না ঙাম্নোইবে
ফজ ঙমখৈ লৈতরে, মপুই লৈকোল ফজরে ।

মিকুপ খুদিং হৌখি পুংজা খুদিং চংখি
মতম্না কনাবুস্নু ঙাইবিদে কোরৌহনবস্নু অতুমঙাই
ইনুং অমম্বা য়ৌশিল্লক্লে কোরৌহনবা অঙানবস্নু
নোংচুপ চীংয়া পাংলক্লে ঙাঙ্ানবা মছেক্কা লোয়ননা
সনা মানবা মচুগী মঙান্না লোকমাই খুদিং য়েবা
কয়াগী মতীক ফজবা য়েংবগী পেনবা নাইদবা
পুক্নীং হূনা নাংথিবা মতমনি মতম তাঞ্জাদো ।

মতম তাজা অসিমক্তদা শাবী শানৌ অনীনা
তুংথ মাঙথা চোনখংখ্রি অরাংবা মচি চীংগী
চীংদোন তম খোয়রবা লম্বীগী তুংইন
য়েংনহৌই মীয়াম্না লেপ পলেন থোংগী থোংখোঙদা
অনীনা চোনখ্রিবা অসি কদায়দনো ? কৈদৌবনো ?
হংনহৌই অমগা অমগা ।

শাবী শানৌ অনীদি চ্যোল্লী কন্না চেল্লি
অরাবা খঙদখৈ চ্যোল্লি নুমিৎ তাথ্রনি
নুমিৎ তাথ্রবদি মন্ননি মন্নবদি
থুংফম লৈতে কমাদা থুংলুনি কদাইদা চঙলুনি ।

পলেন থোংগী থোংখোঙদা লেপ
য়েংনহৌরিতুগী মরক্তুগী অমনা—
মখোয় অনিসিবু নুপী চেল্লিবা হায়দুরাও ?
নত্রগা ল্লেক্কী পোৎ পুবিজাংলাও ?
অমনা ল্লেক্কী পোৎ পুবা মান্দেবো
মশাদা কৈনতা য়াওবা উদে হায়রমি । ওইরম্মোইদা ।
অমনা—অদুদি মখোয় অনীনা চ্যোল্লিবসি করিগীনিনা ?
অমনা— নুপী চ্যোনবা নুপী চোনবা খঙবীবেদনা ।
অমনা— অদুদি নুপীদো নুপীদো মশা য়াম ফে হায়মি
অমনা নঙ করম হায়না খঙিবা ?
অদুবুরাও ? মানা ঙমথ্রবা মচি চীংসে
চেন্না চেন্না কাখৎপদো নুপাদুদৈ মানা হেল্লি হায়বা ।
অমাদুনা —অদুদি মহোয়না চ্যোল্লিসি
মোরেগী সনা ল্লেক চ্যোল্লি জাংলাও ?
অমনা— নহোয়না হায়রিদো অমতা নত্তেসে
ঐ হায়বীগেসে নুপী চ্যোনবনে নুপী চ্যোনবা ।

চ্যোল্লিবা শাবী শানৌ অনী অদো ।

ইনুং মমশিল্লকপা অতুদা খন্নবকই—
অপুম্বীনা কোলোয় মপাউ মেল্লকই
—ইশানৌ ইবেম্মা নুংশিবী শোরেল নঙবু তাববা ?
খুমলকই তাজরিয়ে পাম্মুবা ! করি যারা পাউমেনবিগদবা
তাকপীয়ুদো ননাও লাইবক চাউবিদা।
অপুম্বীনা অতৈ কবি নক্রেদা ইনুংতৈনা মমশিল্লকপসিদা
পায়মা পুক্লীং অসে রাদব ওমদেদো
ইপা মবিং খুল্লাকপগী মবান শঙলেন্দা
অহীং নোংলেন অমত্তং য়াবেকসি হায়ববু।

থংলেন নঙবু পাম্মবা, মানজ করি রানোনে
ননাও ওইবী ঐদি থংলেন নকাদা ওসিফাও কাংজবক্রি
পাম্মুবনা হায়বতা ইনজরক্লি
স্নুম ফৈ হাযবদো য়াজগনি, য়ারামতা শিক্তোকচবোই।

মথোয় অনী চংওকই ইপা খুল্লাকপগীদা
খুল্লাকপগী শুমাং মতাফবদা লেপ্পী খাত্রাংনা।
মতম অতুদা ইপা খুল্লাকপদি করি তৌবি ?
মাঙোল খেঞ্জংলাংদা ফম তোংজৈ থবুম ফান
শমু খুতুনা শঙ্গাই পায় পয়া শিবি।

খুল্লাকপগী মিংয়েং শাংখৈরুরে অনীতুদা
মিকুপ খবা শংত্রিক য়েংলগা চিঙোই পাউহংহলকই—

পারি মদম মানবা, ইমোম মদম মানবী
নখোয় অনীনা ইপাগীদা লাকপদি করি থোগীনো
পাউদম্মুদো নপা খুল্লাকপা ঐঙোন্দা।
অপুন্বী নোল্লুক্ল মকোক নোম্থরপ তৌত্নুনা
পম্থো মানবা ইপা ইবুংঙো ঙসি কৌবা নোংলেন্দা
নপারি নমোম অনীনা পম্থৌ শুমাং মথৌগোনসিদা
লেপচরবদি অতৈ করি থৌগী নহেদো
ইন্নুং তৈনা মমশিল্লকপসিদা খুল্লানবা খুদোং
কয়া চাররোই খন পম্থোগীদা ঙসি ইন্নুংসিদং —
খুল্লাকপনা — ইন্নুংসিমতং ঐগীসিদা য়াবেক্কে অসিনত্রা
নংহায় অনীনা চিঙ্গোইরিবা অসিবো ?
অনীনা - মান্নি মান্নি পম্থো।
খুল্লাকপনা - ইপাগীদা লাক্লবদি অতু অদা থিবা য়াত্রাও
নুংঙাইবা নুংঙাইতবা থিফদে ঐগী মোংবা শঙলেন্নুংসিদা
ঙসি ইন্নুং অসিমদি য়ারেকখিবা তাবেদনা
চংঙু চংঙু পারি ইমোম অনীমক
শঙলেন্নুংদা নমা খুল্লাকপী লৈরমনি।

ইন্নুং মম্বা লোইশিল্লকদোরে নোংঙাল্লমদাই য়োরক্লে
মতম তানজা অম্বুরাইদা অনীনা লৈবা কাদা
জু-জা জুজা মরাঙ মরাঙ তৌরকই
শেৎ-শাৎ, দুব-দাব লাউবা নখোল তারকই।

ইপা খুল্লাকপা তারনি মতানি অনীদো
চারগী পৌরোল শংতুনা থোংগী নাতৈ কাংদুনা
অনীদো তুমিন্না মপান্দা য়াঙনা চেম্থোকখি।

খোম্থাং মখোলদো তাবদা হী: করিনো হায়দুনা
য়াকারকই খুল্লাকপা ফন্নেনথক্তগী কুমথরকই।
অনীনা লৈবা কাদা চংঙি-য়েংঙি-লৈরমদ্রে।
খুল্লাকপা থীন্দে লীরকই অনীদুনা চংখিবা লীখুন।

খুল্লাকপগী থেলদা তম্বা অনীথক ফি শেমদুনা
শয়েং পাম্বোম ঙান্নগদবৈ শেম শাবা উরে।
উবদা চিঙ্গোই মপাউ লাউরকই খুল্লাকপনা—
হায় হায় তম্বা নঙবু তাবরহৈ ঐগী য়ারাসে
ঙরাং ইন্নুংদং য়ারেকচগে ইরান শঙলেন্নুংদা
ইমোম মদম মানবী অমা পুদুনা চঙখিবদু
তম্বা নহাক নত্রবরহৈ অচা-চা করিনোহৈ।
অপুম্বীনা পাউখুমজৈ—
মান্নি পন্থো। নুপীদো নুপী নত্তে নুপানি
নুপানা নুপী শাবনি মানা ঐবু মীনলম্বনি।
মতুগীনি ঐখোয় অনীনা শয়েং পাম্বোম ঙান্নদোরিসি।
খুল্লাকপনা— নঙদি অতো করিগী নমায় অদুক থকইবা?
মায় থক্লদি শয়েং থৈনবা পাম্বোম ঙান্নবা তারেদনা।

ফৈ ফৈ অতুনি নুপামচা থোকদবনি
ইপানা রেক্রি ওইনি কৈমতা মুংশা থীগনু
থ্লাকপনা রেক্রি থোংখি হৌরো হৌরো।
রেক্রি হেক থোংখিবগা অনীদো হোৎচিন্নখি
কোন্নখি তাপ তাপ মুক্না লোংখ্রৌ কমলাক কোৎপি
লুথম কায়, বোক্সিং, য়ুদো, টাই কুন্দো, উ-সু
কেরেট কারাত্তে, শোম্পাক তাকেী, আর্মরেস্টলীং
আইটেম অমমম লোইরকপদা লোইরে খঙনবা
ইপা থ্লাকপনা হুইশেল খরা শাংনা থোংঙি।
অসুম্না শয়েং থয়নরকই পাম্বোম ঙাল্লরকই অনীদো।
ইপা থ্লাকপনা অমপায়ার ওইতুনা।
পুং অমারোম কাজিল্লক্লে মখোয় অনীনা লাক্লরকইবা।
নোংপোক চীংথৈ লাক্লুব্বা কোরোহনবা অঙানবা
য়াকাইরক্লে তগুপ তবেং ঙাংঙানবা মচুনা লৈতেং
কোরৌহনবা খরা শাউরপ তৌনা মিৎয়েং শাংথৈরকই।
মিৎয়েংদো উবদা নিপাইখি তম্বা অনীদো
ফুনবা থংলৈ থুজিল্লকই উরু উরু লৈনরকই
থাঙ্গৎনরকই পম পনতুনা মরেংবান্দা
হায়গৎনৈ থাদনৈ হায়গৎনৈ থাদনৈ দম দম
খোঙফম শোয়খিতুনা ওন্থখি অনীদো
অা লোকখাদা, চীংচপ্পা, মশক উখিদে।
ইপা থ্লাকপনা য়েংথখি লোকখাদা, শোনখি

কদায় য়োঃখ্রে অনীদো ৱাখল ঙমখৈ য়োদবা অনীদো ।
খুল্লাকপগী মিংনা টবা ফংখিদে শিরম্মনি অনীদো
আ ঃ ওন্তোকপনিদা হে নহা পাখং পঙখ্রেদকো
ৱাখল খাংতপ খল্লিকো মীশী মখোং হুক্কেকো ।
অদূৱুদি নরমচং অদুনা মীশী মথোঙ চাদবনিকো ।
ঐ চংলে— হায়রগা হুইশেল শানা টি-ই-ট
খোংলম্লগা খুল্লাকপা ময়ুমমো বা মৱাল ঙমখি ॥

---

( ১৩ )

# পান য়োনবী ইতৈমা

পাবুং অপোইবগী মচা নুপা অহুম পোকই
মচা নুপী অমতা পোক্কে পাবুং পাথ্রানি।

পাবুং অপোইবা অহল ওইশিলক্লে
হন্থ মাল্লে চল্লক্লে মমিংতা মমৈ উনী লে।
মপারি অহুম অত্থুম্বু চাওবা শরেফ ফারক্লে
শাংবা লেপতম য়ৌরক্লে মুমলেপ চান্না
তমহন্নীংলে পাবুং অপোইবনা।

পাবুং অপোইবগী মচা নুপা অহুমতুগী মিং
অহলনা ইবোহল য়াইমনা ইবোয়াইমা
অতোনবা অতুনা ইবোতোম্বা হায়না থোল্লি।
পাবুংনা খোনবা মিং ওাক্কনি অহুমক।
অতুবু খ্বাইনা খওনবা মিংদি —
অহল ইবোহলনা খরাইলৈমা ডিমাপুর ওংবী
ইবোয়াইমনা তম্পাকলৈমা মোরে তাবী
ইবোতোম্বা অতুনা সিনেমা হোলগী হেরোইন
হোল পুবী লৈমতোন লৈমা।

অতৈদি লায়রি ঐ খঙনীংবনা শিদৌরে।
নঙনা শিদৌমথৈ খঙনীংলিবু করিনো ?
খুরাইলৈমা, তম্পাকলৈমা, লৈমতোন লৈমা
অহুমকী রারী রাখোঙদো মুন্না খঙনীংঙে।
করিগীনো হায়বদা নুপানা নুপীগী মীং ঙাক্না
কৌরিসে মসিদা খঙনীংবা হেনজিল্লক্লিবা।

অহুদি লীরগে মঙগী রারীনিকো নোংমা
মঙদা উখিবা রা ওইনা লৌ য়াপোং নত্তেদা।
সে স্থম তৌবা জাংনিদা অপোইবগী মচা নুপা অহন
খুরাইলৈমা কৌবা পাখংসে ডিমাপুরদা
পান দোকান অমা চাউনা ফম্লিয়ে।
নোংমদা লুপা লীশীং অমা অনী শিংপা জাংনি।
করি পানা কানোনে মানা য়োল্লিহুবো
য়াম শিংমল্লি হায়মী অহুক য়াম্না শিংপা
ইমানা হেক পোকপদৈ তাজরক্লি হায়বা।
মাইহুবুরাও শুমজাংনি চুরুট, বিড়ী, মৈখেং
থাউ মনম নুংশিবা, সাবোন, অসিনচিংবা।
নোং ফুং হেক ঙানবগা খুরাইলৈমদো হৌগংলে
মকে শেম্বা হৌই, ইরু মায়থজরে
চন্দোন চরা ফজনা থিল্লে, মশম মনা হাংলে
লাইবক্তা নমলে সিন্দুর, কেবা লোইরহুনা

খোরক্লে শামু লমশা শাজংনি লেম্না
কাইদা কাইদা থাংডি মখোঙ খোঙথাংহু
মখুৎ মখুদাংদা য়াল্লি রেশোম অঙাংবগী শেঙ্গাও
মখুৎ য়েৎথংবা অহুনা পায় পিথ্রাই কোম্পাক মচামা
শোহু হাংদোকহল্লি বহারহুরবু মাই পান দোকান্দুগী।

খুরাইলৈমা মাই পান দোকান ফম্বা হৌখ্রে।
সনা য়াথং তাউথরকই বহাহুরদা হায়—
হায় বহাহুর! চৎলু মাররারী হোটেলদৈ
তেক্রা অমগা চা স্পিসিয়েল অমগা
নৌরুচো চৎলু ঐনা হায়রকই হায়যু
অমুম্না খুড়াইলৈমদো ব্রেকফাস্ট লোইখরে।

হাইগা! তাইবুং ঠিকাদারদি ঙম্বানা কদায় লেঙবিগদৌরিবা?
খুড়াইলৈমা ব্লার্ক সাইদতা চৎলুগে ইবুং।
তাইবুংঙো! করি করি ভোজরকউগে?
চুরুট ৫৫৫ দো উপু মঙা নৈখেৎ উপু অমাগা।
হাইমা কৈনোনে হায়রিসিবো তাইঙোগী
সিগ্রেদ লাইটর অমা লৈদাইনে মোরেদগী
ঐখোয়গী তম্পাকলৈননা পীরকই হায়দায়নে।
মদো থবক চৎপদা চীংনুংদা তাহৌর।
মদো ফজখ্রবনিদা তাহৌরে কেরে।

তাইঙো অতৈদি করি করি ?
অতৈ হায়বদু পানা মতপতো তরামুক য়োমশিল্লো
প্লাসতিক থাউ অমদা হাপচিল্লো অদুগা
মতপ অমনা হৌজিক চাখিনবা পীরো।
সিদা লৈজরে পী খুরাইলৈমনা।
লুপা চামা চংপী অমা পী ঠিকাদারনা
খুরাইলৈমনা—তাইঙো ঐদি থোরকপদা ঙাইরি
অচোইবা অমতা তান্দ্রি ক মদোনিসিদি।
হোরেল লৌববস্তু য়াইদা হয়েংস্তু লৈগদৌরিবো।
অদু ঙাইরেদনা জয় খুংলামখাম লাইরেম্বী ইবেম্মা
পোং য়াম্না শিংচখ্রেকো ইমা ইবেম্মা
অদুগা মুক্রম মুক্রম শোনখি খুরাইলৈমা
"অরৈনু নঙনা লৈশিল্লকউ, অশিংনু নঙনা শিংচিল্লকউ
গুরুগী য়াথংনে।" হায়রগা চাম্মা চংপীদু চুপ্পী
অদুগা মাগী শেনগাঙদা হাপচিনখি।

মথং মথং লাকই পানা লৈবা
খুড়াইলৈমা মথৌ চিল্লি পানা তপ্পী লৌশিল্লী পৈশা
পীখি পানা মথং মথং পানা লৈবা লাকই
মাররারী, পঞ্জাবী, উরিয়া, কেরেলা, মাদ্রাজী
বীহারী, বেঙ্গোলী, আসামী, নাগামী, খাসিয়া
মীথিং শুই মীথল শুই শেঙ্গাও পায়বা ঙাক্না।

মখোয় মখোয়গী লোলদা ঙাংনখি খুমখি
পীখি পানা পীরম্মী পৈশা লৌশিল্লী পৈশা।

নঙনা লীখিবা অতুদৈ খুরাইলৈমা
ইবোহলগী ব্রারী হাইফেৎ খঙবা ঙমলে।
মহাক পৈশা ফনা য়াম্না পায়রম্মনি।
অং পায়রবনে পায়রবা তাব্রিবরাও নঙবো
লম্ফেলদা হন্দক দোকান য়াম ফজবমা
শারে হায়বদো মাগীনে খুরাইলৈমগীনে।
মনাও ইবুংঙো তম্পাকলৈমদি কমদৌরিবা?

নাই ব্রারীস্থু তানীংঙিনে ঐবো লীবা ঙম্মরোইদ্রাও?
তম্পাকলৈমা মোরে তাবীগী ব্রারীস্থু লীখিবা তাবি
মচিন মনাও হায়ফেৎ মান্নবা জাৎনি
কারবার খুত্তৌ লাক্কৌবু হায়জরিবা
মাস্থু পান দোকান অমা মোরেদা ফম্লি হায়
মীনা হায়নরিবা কে-খোং তৌঙম্বদি
মানবু হেল্লি পৈশা পায়বস্থু হেল্লি হায়নৈ।
অমনা পান দোকানগী মথক্তা ব্রেক অমস্থু
ব্রেকপু তৌরবদি হৌজিক্তি পৈশা পায়দনীংঙাই লৈতে।
করি করি পোৎনো মানা ব্রেক তৌরিদি?
খঙদে ইশু শুই নম্বর ফোরফাও য়াওই হায়নে।

অফাওবীনে অফাওবী কনাই ছাত্তিন, কেখোৎপগী
ফিস্থ জাৎ শুই হায়নে ব্রাৎপা নত্তেদা
মাই দোকান্দা, মায়তৈ হিদাকস্থ মখল শুই
পাউদরস্থ, মায়তৈ মহীস্থ জাৎ জাৎনি।
ময়ামবুং খুরাই লৈমদৈ য়াম হেনজাৎনি।
তোপ তোপ্পা গুন খর লৈজে মহাক্কী

লৈমতোল লৈমনা কমদৌ জাৎনো ?
মাগী ব্রারীতুদগা তারবদি মুংঙাইগদবা।
হোয় হোয় লীরগে মতম মাঙবগী মাঙবা।
লৈমাতোনস্থ থা থা য়াবা নুপীদি লাল্লে লাল্লে
হে নুপাদি নত্তে, মাগী ময়াম্বা অনীদো অতূদগী
হেনবা গুন খর মঙোন্দা লৈ।
অতৈদি ময়াম্মুং অনীগা চপ মান্নে
পোৎ-চৈ, পানা-ক্কা, ময়োন লাকয়োন
খেন্নবা হায়ববু অনীনা মনিপুরগী
মপান্দা, চিদাইদা লৈবা লমদা ফস্বা দোকান
মানা ফমলিবা মফম্না ইম্ফাল সহর ময়ায়মক্তদা
মায়কৈ মরিমক্তগী লাকপা মীওইশিংগী মীতিনফম
সিনেমা হোল মনাক্তা মীগী মিংয়েংফমদা।
পোপা লাকপা কাঙবুদি লেম্না থাদে মহাক্লা
মনাক্তা কৌশিল্লী য়েংহল্লি কেবগী মপোৎ

লৈশাবী, মৌনহা থওইনা য়ুম্বান কুইদ্রিবশিংদা।
বেল খিংলকপদা মৌনাওদুগা লোয়নরকপা
নুপা অদুনা—লোইদ্রিবরাও ? চঙলসি বেল খিংলক্লে
তাবিদে নুপীদুনা য়েংলি লৈমতোনগী কেবা
কেননবা খিল্লিবা কোসমেত্তিক ময়ামদুদা
ঙহাক কান্নরগা খুম্মকই নুপীদুনা-ঙহাক্তা ঙাইখোবা
মপুক্লীং থিংজিল্লি কোসমেত্তিক ময়ামদুদা।
ব্রান্দ হংলি মৌনহাদুনা, তাকলি লৈমতোন্না।
তৈবা মতৈ, য়েকপা ময়েক, শঙবা মশঙ।

অমনা সিনেমা লোইর কান, মী হল্লখ্রতুং
থোঙ লোনশিল্লি মাই পান দোকান।
তামো মাগী স্কুটর পুদুনা লাকই মাবু লৌবা
তামো স্কুটর রালা হেক উবদা হায় লৈমতোন্না
ঙসিদি অফবা ফংদে য়াম্না, হাফ অমথক্তুং
স্কুটররালা তামোনা ঐনস্থ সেকমাইগী খরা।
কয়া য়াম্বা জাংনো সেকমাইগীদুবো ?
লিক্লি অমথক্তুনি, তিন পল্লা চনবদো
লৈমতোন্না য়ারনিদা লিক্লী অনীদুনা ঙসিগীদি
মথোয় অনী চঙখি দোকান অহনবা
শাবা লোইদ্রিবা মপু লৈতবা অমদা।
স্কুটররালানা তামোনা পুরকপা লীক্লী

গ্নাস মচা ফজবী মশা তনানবী তম্নাপী
প্াথাক্লে হৈরে থকমিন্নবে অনীদা
ঙাওরে হাইফেৎ, হাইরে খরা, ফাইরে লৈয়েং
তামো স্কুটররালাগী মনীং নপ্পী লৈমতোন
ইংলিস ফৈরেং তুরেং লোল্লহুনা থোরি গাড়ীদা তামোনা।
গাড়ীনা খংচোং চোংবদা তাহৌই লৈমতোন লম্বীদা
লৈমতোন্না — হিংচাবাও মী অমা মনীংদা তোংঙি
হায়বা কাউরি করিগীনো ? অয়ো, অয়ো খ্বাং তেক্রমাল্লে।
লৈমতোন তাহৌরবদা তামোগী গাড়ীহু খাম্মী
খংনৈ মখোয় অনী ফুনৈ অমগা অমগা
ঐনা লাল্লে হায়রেদনা তামোনা খুমজৈ।

লম্বী ময়াদা দোকান ফমজবা, হোটেলকাস্থ তৌজবা
ইমুং অমদা লৈবা লৈশাবী মচা অমগা তায়
মা নুংশা থী খংনবে ব্রাহৈশিংহু তাবদা ফুবৈ মখোল তাবদা
খনখি মতৈ মনাও খংনরমাল্লে ফুনরমাল্লে।
লৈশাবীহুনা তুমলিবা মবুং হোদোকই — হায়
তাচৌ শোড়োক্তা মতৈ মনাও ফুনরমাল্লে
নুপাসিনা মাগী নুপীবু শাথীনা ফুবিরে।
ওহাক্তা খাম্বীরুসি আচৌ হৌগংলো লাকও।
মচন নুপীনা হায়মনবহুদা মবুংদো হৌগংলকই
মবুংনা তোর্চ অমা মচন নুপীনা লালটেন অমা পায়

থোরকই মচীন মপুব্রা অনীদো খৎনবা থাম্বা।
তোচ' কাপ্লদা উরকই মুপী য়াওরমদ্রে
মুপা ভাক্ত ওইরমলে খৎনরিবা অনীদো।
মচন মুপী লৈশাবী মচাদো মবুংগী মাঙদা ইকায়খি
মবুংদো ঙকখি থৌদোক অহু উবদা।

ঙসি পাবুং অপোইবদো মাগী মাঙ্গোলদা ফম্লি
চিন্তা পোলুম পুবত্নুনা ব্রাখল খল্লি মতোমতা।
মচান্নুপা অহুম্লি পাখং শরী ঙাক্তনি
অহন্না খুড়াইলৈমা ডিমাপুর ওংবী
য়াইমনা ভম্পাকলৈমা মোরে তাবী
অতোনবনা লৈমতোন লৈমা
ইম্ফাল সহরগী সিনেমা হোল মমাঙগী
অমতা ভাইরবী হেরোইন, হেলেন হায়নস্থ খঙনৈ।
মখোয় অহুমগী খ্বাইনা খঙনরিবা মিংসি
পাবুং অপোইবনা থোনবা মমিং অমতা নত্তে
মীয়াম্না খঙনবা মীয়াম্না থোনবা মমিং ঙাক্তনি
পাবুং অপোইবনা থোনজবা মিংদি
অহন্না—ইবোহল
য়াইমনা - ইবোয়াইমা
অতোনবনা—ইবোতোম্ব
মখোয় অহুমদো মতম হেন্দোকখিদৌরবনি

মুপী নহা থিবা লুহোং খোঙদোংবা।
পাবুং অপোইবা চৎলি কোয়না কোয়না
মচা মুপা অহুমতুগী মুপী হায়বা
কনামত্না পীরক্তে কনামত্না য়ারক্তে
নিংঙোল পোকপা পম্বোশিং অতুনা।
চন্থু নিংঙোল অমত্মনস্থু মুপাশিং অতুদা লৈনীংদে
লৈয়্ হায়বদা য়ারক্তে খুম্মকই—
মুপী মানবা মুপা অতু লৈদৌ শক্লাক
থোরি য়ান্দ্রনা শিজখিগে ঐ।
মসিনী লৈশাবী পুন্নমকী পাউখুম।

পাবুং অপোইবগী মচা মুপা অহুমদো
অস্মুম্না মুপী থিবা ফংখিদে
চুপ শাখি চুপ।

# গোসাই পণ্ডিত

ফৈজোম শেং গুনাজ কাও
পুময়াৎ ফুরিং লিং
লেংবান্দা ইনফি য়ান
মিংতা আনোক
খু- ওইনা ছাতিন থান
য়েংনা লীচৈ অকোনবী চৈশু শু
লাকই কুন্দন বাবু
মুখার্জ্জী সাহেবকীদা
গোসাই পণ্ডিতকী
অকুপ্পা ময়ী মখোঙ খঙনীং ।

মুখার্জি সাহেবনা লিবীখি
কুন্দন বাবুদা অশুম্না—

গোসাই পণ্ডিত অসি
হৌরকই অচাং ওইনা
গুরুদেবগী আশ্রমদা ।

পীশক পিকলীঙৈদগী চেল্লকই
তোপ তোপ্পা গুন অমা।
মসি মানা তৌথোরকপা
থবক থুদিংনা তাকলকপনি।
সর্ব্বে সর্ব্বা হায়বসি
হৈনবী লীচংনি মাগী
মী অমনা তৌরম্বা থবক
মানা তৌবনি হেক্তা হায়জিল্লি
খণ্ডদবা ময়ান্নদি অতুম থাডৈ।
ওইদবা হায়জিনবদা হালেংবা লৈতে
অখণ্ডবননি শাণ্ডাংনি মাগী থৌদোহু।

গুরুদেবগী ব্রাখলদি করিনো ?
সেবক মশেল থংনবা
পামদে হৈনদে গুরুদেবনা।
মীনমলবসু নমজসনু কৈদোবগে
মৈবু ফিনা কুপ্পা য়াবরা ?
তুংদা অওইবা খণ্ডনজরকনি
ধর্ম্মনা তুংদা জয় ওইবনি
জথা ধর্ম্ম তথা জয়।
গুরুদেবগী ব্রাখল পরীং ইন
য়ানীংদ্রবসু শাউনীংলবসু ময়ামদো

কনামতনা চীন কাংথোক্লখিদে
মচুদা গোসাই পণ্ডিত হৱাওখি
মাগী থোক মীয়াম্না খওদে
পুন্সীদা মায় পাক্কদৌরি হায়না।

অস্মুম্না হৌরকখি নহা ওইরিবৈ
গোসাই পণ্ডিত অসে।
মানা করম্না নোলেজ জ্ঞান
তাক্লকপগে হায়বচুগী মরমদা
ঐ লৈরগে তারো।

গোসাই পণ্ডিত,
অহানবদা ওজা ওইরম্মী
ময়োলফাও নীংথিনা ছাত্রনা
তাবা য়ানা শেংলমদে
ক্লাস অহানবা চওবদা
মখোল নীকলম্মী
মকমলাক থক থক নীকলম্মী
মমায় ভাওলম্মী মনা ভাওলম্মী
অস্মুম্না উখি হৌরকপদা মাবু।

চহী খরগী মতুংদদি
মহাক য়াম্না ইমপ্রুভ তৌরম্মে।

করিদগী করম্মা তৌরকইখনো ? হায়বদা
পরীক্ষাগী চে য়েংবদা ওজাশিংনা
ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মক্তমদগী
তম্বা হৌখি।
স্কুল কলেজদা, নীংথি মুংঙাইনা-তম্বীরক্কবনিনা
প্রাইভেত থম্নে
অখণ্ড অহৈ ওজা কয়াবু
ডোক্তরেত, টেনবালা য়াওনা
হায়রিবা মীঙইশিং অসিনা
ফজনা শেম্মী নোট
পারুবা লাইরিক লাইঙুগী জ্ঞান
লৈজবা মাপ্পী জ্ঞান
উৎথোরকই ওজাগী নোট অদুদা
ছাত্র ছাত্রীশিংনা পুই চিনবা
ওজাগী নোট অদু
ই পরীক্ষাদা ফজনা
অরান অছুই য়াওদনা।
অখণ্ড অহৈশিংনা শেম্মকপনি
মদু চিকা পুরগা ইবনি।
চে য়েংবদা ওজা ওকই
ওজানা থেংনরক্কবা কয়া ইগোরকই।
মদু গোসাই পণ্ডিতনা

মাগী নোট বুক্কা শিনজিলহৌই।
অসুম্মা গোসাই জ্ঞান তানশিল্লি
নোলেজ হেনগৎলকই।

হৌজিক্কি গোসাই পণ্ডিত
শী অনা ওইরে খড-হৈবদা
ওইরিবমি খড়দবা নরজ্ঞা
শুনী নোমনীংদবা, হোংনবীংদবা
খণ্ডনীংদবা কত্তন নরক্কা।
গোসাই পণ্ডিত মমিং চৎলে
ইমুং মনুং মরী-মতা সুংডাইরে
সিদগী হেন্ন সুংডাইবা লৈবরা
হায়বহু য়োরে মখোয় ইমুংদা।

অসুম্মা হৌরকখি গোসাই পণ্ডিত
মডোন্দা প্লস নত্তনা মাইনস য়াওদে
পীথোক্পা হৈতে লৌশিনবতনি
মসি যাগ্গী হৈনবীনি, পোকপদা য়াওরকপনি
শাগোম্নরকপা বিত্তানি, মক্কৈনি।
গোসাই পণ্ডিত হৌজিক্কি
ইনাক খুনবা অমা ওইরে
ময়ুম দলান শারে, কৈ চোংলে

মহৈ হৈবা অখণ্ডবা ওইরে।
খ্বাইনা ইকায় খুম্নরে।

গোসাই পণ্ডিতকী লমচৎ
তোপ তোপ্পা অমসু লৈরি।
মী তিন্নবদা মঙোন্দ কান্নগদবা
খল্ল খল্লগা চায়েং তৌই
মানা ঙানবা য়াগদবা
থাওমৈ মখোঙ থী
ঙানবা য়াগনি কান্নগনি
হায়বা শামিন খিতংবু
ফংলবদি কাকফৈসি মঙাই
হেক্তা নপ্পী চুপ্পী ঈ ঙমজমখৈ।

গোসাই পণ্ডিতগী গুন অমনা
ওইদবনা অওইবা শাহুনা
ঙাঙবদা হালেংবা লৈতে মহাক
অহুঙৈ মানা নহা ওইরিঙৈ
খৌদোক অমা থোকখি—
ওইদবা পরেং অমা লেংহুনা
হাপ্পুই খবর অমদা মপানগী
খঙনরক্লবদা রাজাও থোকখি

কোয়চেন চেন খাওখি ব্বানা
হায়জখি মীপুম খুং
অম্মক হন্না তৈজররোই
হন্দকমুক্তদি মাপ ভৌবীয়ু।
হায়জ-চৎচবদা,নপচবদা
ইকায়বা খঙদে মপা লৈতে।
কান্নগনিবু হায়রবদি
শেন্দাং মথী পৈশা ওইরবোই নীং
খুল্লি হায়বত্নি মহাকসে।

গোসাই পণ্ডিত মমিংগা চানবা
থবক কয়ামস্তু পাঙথোক্তবা নত্তে।
খিজিনবা লেপ্পা লৈতে
অখাং কনবস্তু মপা লৈতে
হংবা তন্দে হোৎনবা কল্লি।
পুন্নমক অসিনা মরম ওইরত্না
গোসাই পণ্ডিত মী ওইখ্রে
শীংথানবা য়াবা মী।
মঙোন্দগী হেনবা অখঙবা
অহৈবা মৈত্রবাক্তা লৈত্রে
গোসাই পণ্ডিতত্তা পণ্ডিত ওইখ্রে।
গোসাই পণ্ডিতকী

মুংঙাইরবা নোঙ্গীংথুবা
য়া অমসু লৈরিবে চিংথহৌবৌদা ।
—নোংমা প্রোসেশন অমা লাকই
শোড়ক মীনা ডুং ডুং
লমজাও মীনা পুমথল থল
কাংজৈবুং মীকোক্ক পুমমুমু
লাওই স্লোগান—
ইনকিলাব জিন্দাবাদ
প্রজাশক্তি জিন্দাবাদ
গোসাই পণ্ডিতসু য়াওরি মরক্তা
মাস্থু লাউরি স্লোগান
লেম্না লৈত লাউরি ।
নানা লাউরিদো খঙলবরা ?
ডেমোক্রেসি শান্নরিবা ডেমোক্রেসি ।
খঙহৌদে মনাক্তা চণ্ডশিল্লকই
পাখং অমানা কৌই বাবু ! বাবু !
মরেংবান্দা পোপ পোপ ফুই ।
মরেংবান্দা ফুবত্থুদা খংহুনা
হন্না য়েংঙি, শংত্রিক য়েংঙি
ঙহাক লৈরগা শাউনা—
কৈনো ? করিগীনো ?
খুম্মী করিস্নুগী নত্তে

বাবুনা শিবা য়ানা নায়রুবদি
নুনাই ঐভোন্দা থরা ভাকপীদম্মু
হায়জন্নিবা বাবু।
শাওবা, য়াম্না শাওবা—
করিগী ?
বাবুগী কোক্তো কোক অচৌবদো
মাথা য়াম লৈ হায়জন্নিবা
করিগুম্বা বাবুনা শিবা থোরুবদি
পোলোইবা য়াওজগে হায়বনিদ্বা।
করিগী ?
বাবুবু মুংশিন্থনা হায়জবা নত্তে
পোলোইবা য়াওরগা
কান্নবা খজিত্তং ফংগদরা হায়ন্থনা।
করি কান্নবা ?
বাবুগী কোকী শরুক
তুম্বা মানবদো লৌজহৌগে ভৌবা।
কৈদোনবা ?
তাল পুরা শুইনবা।

গোসাই পণ্ডিত অসে
প্রোজেনটেসনদি য়াম হৈবো
হায়দি উৎথোকপদি হৈ হায়বা।

খজিত্তং খঙবত্নুদা মানা শাগৎপাসিদি
করি অমুক হায়রুনি
অতাবা অয়েংবা প্নমক
থোক্ত থোকখিবা থৌদোক
অওইবনি খলহনবা গুম্মী
মসিনী মাগী খ্বাইদগী
চাউবা গুন।
মসিমক্তনা গোসাই পণ্ডিত
হায়না মৈত্রবাক শীন থুংনা
ফাওরিবনি ফাওরিবা।

---

# কন্দ্রং নোংবান

কন্দ্রং নোংবান হায়ববু কনানো ?
হেবা মাবু নও খওদ্রিবরাও ?
খওদ্রি, খওদহুনবু নওোন্দা হংভিবনি
খওওদি করিগী হংঙুনি।

কন্দ্রং নোংবান হায়বদো
কনানো হায়বা ঐ শিং শিংনা তাকে।
হোয়নে মীনদি য়াম ভাওনৈ
মাগী মরমদা তাবা কুইরে
মশক্তি খওদবা অহুদা
ব্রারী তাবসে শক খওদ্রবদি
কয়া নুংঙাইতে করি হায়গে ?

চুম্মী বন্ধু
য়াম চুমখ্রবা ব্রানি।
মশক খওদ্রবদি কয়া নুংঙাইত্তবনি।
মুপী অঙাংদা নোংশাগুম্বা
মম্বাম্নবদা হৌদোংগুম পাংদবা

হায়বা ইপা ইপুগী পাউরৌত্থু
বন্ধু তারবরা ?
মত্থুনি কন্দ্রং নোংবান্না তৌরিসি।
গুহা মন্নুংদা মন্থনত লৈবা
হঙোই পোরোবীগী ৱারীদি ?
ঙাশেপ চিবানদোংগী ৱারীস্থু
তারবা নত্রাও নঙবো।
খুন্নুনা মখোঙদা পোঙবা
অসিনচিংবা পূন্নমক অসে
কন্দ্রং নোংবানগী হৈনবী
লীচং শাজং লমচং ঙাক্তনি।
কন্দ্রং নোংবান কনানো
হংবদা খঙদবা লৈরোই
মৈত্রবাক শীন্না খঙনরিবনি
মশাগী ওইজবতা থিবা
মীগী করিমতা য়েংদবা
মীওই অমনি মহাকসি
লমহূই মমিং তারেদনা
লমহুই লৌশিং হায়বদো
মাগী থাদোকপা য়াদ্রবা খুৎলাইনি।
য়োংতাৎ নঙ মুন্না খঙঙেদনা
য়োংতাৎ মাগী হৈনবী লমচৎনি।

লৌজনা পুজনাস্থ ওন্থোক্লা হৈখ্রে
মনি মাগী লমচৎকী
মরু ওইবা শীংথাবা য়াবা অমনি।
ওইজবা থিবদা মপা লৈতে
ওইদবনা অওইবা শাতুনা
রারী লীবদা লাম্বা লৈতে।
হৈগ্রে ওন্থোক হৈগ্রে
তম্ফাজাও রারী লীবগী
মচা মশু ওইরমগদরা চিংনরিবনি।
খোংজোম পর্ব্বকাস্থ শকইনে
শীন শুজাৎনি মানা হৈতবা লৈতে
মাগী খোংজোম পর্ব্বগী
শৈশক্তু তারুরগা খল্লকইনে
কুলিজাওগী ধারা নালা
ওইরম তায়ে অস্থুন্না।

অতুগা অতোপ্পা অমনা—
করিগুম্বা ফংসন অমদা
মা হেক্তা লৈরমগনি
অশীন অরাং শাতুনা
মরু ওইনা মন্ত্রী য়াওবদা।
মীদি মশা মউ ফবনি

মরেপকা মঙানগা য়েংবদা
মরাক্ল খর ওমলপ তৌবনি।
অফাওবা শাবনি শকস্থ তাখৎপনি
সব জানভাগী মীশক্তি
মী অমত্তা মানা থানবা লৈতবনি
ছুনিয়াদা খওবা হৈবসি
মথন্তনি অস্থন্না খনজৈ
কন্দ্রং নোংবান মত্তোমতা।
ওইদবনা অওইবা শাতুনা
ঙাঙ শকপদা ওথাক হৈয়ে।
অচৌ অশাং অঙম অথৌবু
শুমহৎপা ওস্বগী শক্তি লৈ।
অকনবা প্রেসর পীবা ওম্মী
মাগী প্রেসর হেক লাকপগা
প্রেসরহ মুন্না তাগদবনি
ভারগা ঙাঙলিতুগী অচুম চুমদা
মী অতোপ্পগী মত লৌগদবনি
হায়বদি অতোপ্পদৈ কনফার্মেসন
লৌগনি কনফার্ম তৌগনি।
মাদি খঙদে মীনদি খঙভি
কন্দ্রং নোংবানবু চঙলক্লবদি
মোংবা চঙলকলে হায়না

অঙম অথৌশিংনা হায়নৈ।
মীচিন তোঙবা ময়ামনা
য়ানীং পী মানা চঙবা মফমদা
নোংবান চঙলক্লবদি খুকউ শেল্লু।
ফুইবা য়াদবনিকো নোংবান
মাগী য়াশক থাজবিরুগন্নু
খোংবাল চোংলগা কোকই
হায়হনা পংঙাংদা ঙাংবনি
লম্বোইরগা লাই প্রসাদ পীজগনি
হায়বা য়াফমহু আদনবা।

কল্লুং নোংবানগী লমচংসি
মপা মপু হাক্তক্তগী চংলক্লবা
ঽ হনরক্লবা লীচং শাজংনি।
অহুঙৈ মাবু পোকপা মপাস্থ
মীনা তমহনা তাববু
য়াম্না য়ানা শিখি হায়দা
সুপী অতোম্বীগী য়ুমদা।
মপাগী অশিবা মশা অহু
লৈকাই কনামতা চঙবিরক্তহনা
পুথোকপীনবা লৈখিদ্দে য়াথি হায়নৈ।
মীনা হায়নরিবা সুপী অতোম্বীহনা

মপুরোইবগী অশিবা হকচাংছু
ইমুংদগী খাওেনফম ফাওবা
মতোমতা শোরো শোরো
লাকুনা চিংথোকই হায়নৈ।
লৈকাইনা য়ারক্কা হায়বসিস্থ
য়াম্না লুইদা বক্ক
কন্দ্রং নোংবানবু লৈকাইনা
য়ারক্লে তাস্থোক্লনি হায়নৈ
মীনা মুস্থুক মুস্থুক ঙাংনবা
তায় হায়না ঐগী নুপীনা তম্মী।
মখোয়দি নুপীনিনা হায়জরিরা
মপান পাংথোক থোক্কে
অদুগা ঈ-পাউ তাবদি
ঐখোয়দগী মহোয়না হেল্লিনে।

খ্বাইদগী নৌবা ইনৌ নৌবা
কন্দ্রং নোংবানগী পাউ অমা লৈবি
নুংঙাইগুবা জাংনি ঐ তমগে
নও মুন্না তাউ নোকস্থুকো।
মহাকসি ৱাচং ৱানোম্বদস্থু
য়াম হৈ ঐনা হায়খিদনা
মহুগী মথক্কা পোংতপ অমা

অনী য়াওরকপগী ব্রানিদা ।
হন্দক ইন্টরভিয়ু ময়াম অমা
তৌখি হায়নে মীনা ঙাঙনববো
ইডুকেশন ডিপার্টমেন্টকি হায়দি
স্কুলগী কলেজগী ওজা হাপপগী
ফিসরীগী ইন্সপেক্টর হাপ্পগী
কো-ওপরেতিভকী ইন্সপেক্টর,
পি-ডি এগী পোস্ট খরা,
সাইন্স এন্দ টেকনোলোজিগী
ফম খর হাপ্পগী ।
মতুদা মানা খঙজদবা অপং
ময়ামদগী পৈশা খোমগৎপসি
মন্ত্রী ঙাংনবিনি, অফিসার ঙাংনবিনি
হায়জিন্দুনা, য়ামখ্রমাল্লেদা করিনে। ।

মাগী চালাক্তি স্থুম তৌজাৎনি
ইন্টরভিয়ুদা হংল্লকদবা
ক্যোইসননি হায়জিন্দুনা
ক্যোইসন মান্নবা শেমজিল্লগা
জেরোক্সতা নমখোক্লগা য়োলি হায়নে ।
লুপা লীশীং মঙা মঙাদা ।
মতুদা মামা হন্দক থা মরী মঙাসিদা

তানবা পৈশাসি য়ামথ্রমাল্লেকো
লুপা লাক্ষ অনী মখাই
থর কন্তুক ফংখি হায়নৈনে।
মানা তৌরিবা চালাক অসি
ঙকত্রা হায়মি ঐদি ঙকখ্রে।

পৈশা পায়রবনিনা মা মী উত্রে
মখল মখলগী থবক চৎথরক্লে।
সিনেমা ড্রামা তোয়না য়েংঙি
লৈশাবী মচা অমা পুপুহুনা।
হংলগা খুম্মী—
ইচেগী মচানি লব্রাইদ লৈবনি
ঐনা ইম্ফালগী হাল চাং
থর খঙহন্নীংহুনা পুরকপনি।
অমদনা ইশুনি সিনেমা য়েংহনগে
শায়োকশঙস্নু য়েংহনগে হায়হুনা।
অসুম্না লৈশাবীহু পুপুহুনা
মুমিৎ মরি-মণ্ডানি চৎলম্মী হায়নৈ।

কম্ব্রং নোংবানসে
ফিজেৎ চাকচাকাসে হোঙকএ
খুৎতা অমা তৌরে হায়নৈ।

ঐনা খল্লি মাগী ফিজেং অদো
ওম্ন্থোক্লা য়েংনীংখ্রে অস্থুম্না।
নোংমদি গোং হেক থেংনরেদা
অঙকপনিহৈ বন্ধু।
ঐ পুমঙক ঙকখিহুনা
মানা কৌবদা ঙহাক খুমদেদনা।
লোইরেহৈ বন্ধু মহাক লোইরে
মা চহী ৬০গী মথক্তা লৈরম্মনিনে।
অহুদা মানা শেৎলিবা খোঙগ্রাও
লিৎলিবা ফুরিৎকাসি অঙকপনি
চহী ১৮ গী পাখংসি মঙাই।
খোঙউপকাস্থ মরাং তুরাংবা তোংঙি
খঙদেদা বন্ধু! অঙকপনিদা।
ঙসি ঙরাংতগী ব্রা অমনা
ঙকখ্রবা ব্রানিদা তাহৈদবা
আরবকী ললোনবা মুসলমান
শারহুনা মানা পু পুহুনা চৎলম্বা
লৈশাবী মচাহু পুহুনা চেনখ্রে
মখোয়গী লৈফম হৌজিক ফাও
খঙদ্রি থিবা ফংদ্রি ঙাংনৈনে।
লৈশাবীগী মমা মপাদা
থোক অমা তৌরম্মালে নচা মুপীসে

মখোল কৈ, তান মেন কৈ
ঈশৈ তমহনসি ঐগা লুনা তিন্নবা
ওজা অমা লক্ষনোদা
ঈশৈগী ওজা ওইরি
মঙোন্দা শিন্নরমগে অস্থন্না।
মা হৌজিক ফাওবা ফংদ্রি।

ন্না অমনা মান্না ন্না নোমবিনী
হায়ত্নুনা ক্যোয়সন য়োনত্নুনা
থোক ভৌখিবশিং অদো
মানা পীবা ক্যোসনশিংত্নু
অমত্তা পরীক্ষাদা হংলক্রে
কেঙিদেংশিংত্নুস্নু অমত্তা খল্লক্রে।
শাওমনখিত্নুনা ময়ামত্নুনা ময়ুমস্নু মৈ থাদোকপীখ্রে
মন্ত্রীগী, অফিসারগী মিং
য়োন য়োন্দুনা চাবা ওম্বা
মুপী নহাদা চোপখ্রবা
কল্লুং নোংবাননি কল্লুং নোংবান।



## অইবীগী কোঙলবা অমসুং কোঙগদৌরিবা লাইরিকশিং



### প্রেসতা লৈরিবশিংমা



---

মখম যেকপা—বালা ব্রজা।